# ভক্ত ধ্রুব

( পৌরাণিক নাটক )

শ্রীগোকুলচন্দ্র শর্ম্মা
সাহিত্য শাস্ত্রী বিশারদ

মমল্ লুপা ২·২৫

# কচ্চবা

হৌখিবা লাঙ্গাও মরক্তা
নহায়োনবু লমজিংবিরকপা
'এ্যান্তবীর লাইব্রেরী' নহাক্তনি
ব্রহ্মপুরদা ঙাম্থোইবিরকপদি ।

'অপোকপী' চেকোং থাগী ওইবা
নচানি নহাক্কী মুংশিজরবা
ঙাকপীরকই মহাক্না থৌরমপুম্বা
কাউনিংঙাই ওইদে মতমপুম্বদা ।

নংগী নতেং ফংজচুনা মপুং ফানা
ঙমজরকপনি 'ভক্ত ধ্রুব' ইজবা
ত্মৌবিমন থংবা ওইনা ঙসিদি
কচ্চরি নঙোন্দা লাইরিক মচা'সি ।

গোকুলচন্দ্র —
১৯৪৮ ইং ।

# থাগৎ খরদং

'ভক্ত ধ্রুব' কৌবা নাটক অসি ইজবদা রূপমহলগী শ্রীমৈত্রম বীর সিংহ ইয়াম্বনা মরু ওইবা মফম' কযাদা মপুং ফানবা তেংবাংবিখি। মশানা লুনা য়োকচবা পাম্বীনা কাংদোংফাবা উরকপদা শোয়দনা পেনবিরগনি খল্লবসিমক্কা ইয়াম্বা অসিগী লম্মনশিংবা ওইরগে।

তাং ৩০।৮।৪৮ ইংগী অহিংদা রূপমহলনা নাট্য প্রেমীশিংবু রস চুপহন্নবগীদমক্তা 'ভক্ত ধ্রুব'বু থন্নাই য়াওনা মঙ্কদা উৎপিখি অমসুং অযেংবা ভাবুক পুন্নমকপু পেলহনবিখি। মসিগীদমক অভিনেতা অমসুং অভিনেত্রীশিংবু হন্না হন্না থাগচ্চরি।

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা লৈরাং মচা অমা ওইনা হৌজবা, নোংমা সাহিত্য সেবীশিংনা মীৎয়েং তাবিবা; মসিতনি নাটক ইজবগী পামজবা অদুবু ইপাঙ্গল ইথৌনা লৈজদবনা সাহিত্য লৈকোন য়োৎহনবা ঙমদনা মতম থরা লৈজরুরে। হৌজিক্তি ইকাই খুম্নফম ওইববা মণিপুর সরকারদগী শেলগী তেংবাং ফংজরভুনা সাহিত্য লৈকোন্দা 'ভক্ত ধ্রুব' য়োৎজবা ঙমজরনি খল্লরে। মসিগীদমক মণিপুর সরকারগী মফমদা তৌবিমল থংবা উচ্চরি।

ইম্ফাল

১৯৬৪ ইং

লেখক

# ভক্ত ধ্রুব



অহানবা উৎপা

তাং ৩০ | ৮ | ৪৮ ইং

রূপমহল থিয়েটার্স লিমিটেড

ইম্ফাল।

অনিশুবা উৎবা

তাং ১ | ৯ | ৪৮ ইং

ঝঙ্কারিণীগী পার্ট লৌজরিণী শ্রীমতি বিমলা দেবীদা

মণিপুরেশ্বরী মহারাণী ঈশ্বরী দেবীনা "স্বর্ণপদক"

অমা পীনবিখি।

"ভক্ত ধ্রুব"

—পরিচয়—

নুপা ঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শ্রীহরি (গণক ঠাকুর) | |
| ২। | নারদ | |
| ৩। | রাজা উত্তানপাদ | |
| ৪। | নরেন্দ্র সিংহ | সেনাপতি |
| ৫। | গজেন্দ্র সিংহ | প্রধান সেনাপতি |
| ৬। | ধ্রুব | সুনীতিগী মচানিপা |
| ৭। | উত্তম | সুরুচিগী „ „ |
| ৮। | মন্ত্রী | |
| ৯। | প্রজাশিং | |
| ১০। | সভাসদ | |
| ১১। | লান্মী | |
| ১২। | ঋষিবালকশিং | |
| ১৩। | বিবেক | |

অসিনচিংবা—

নুপী ঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | সুনীতি— | মহারাণী |
| ২। | সুরুচি— | রাণী অতোনবী |
| ৩। | প্রতিভা— | সুনীতিগী য়োকচবী |
| ৪। | ঝংকারিণী— | সুরুচিগী „ |
| ৫। | জগোইশাবী — | |
| ৬। | প্রতিহারী— | |

অসিনচিংবী—

## 'ভক্ত ধ্রুব"

অহানবা অহিংগী অভিনেতা অমসুং অভিনেত্রীসিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীহরি | — | শ্রীযুক্ত নীলমণি সিংহ |
| ২। | নারদ | — | শ্রীযুক্ত বীরেন্দ্র সিংহ |
| ৩। | রাজা উত্তানপাদ | — | শ্রীযুক্ত বীর সিংহ |
| ৪। | নরেন্দ্র সিংহ | — | শ্রীযুক্ত ধীরেন্দ্র সিংহ |
| ৫। | গজেন্দ্র সিংহ | — | শ্রীযুক্ত নবকান্ত সিংহ |
| ৬। | ধ্রুব | — | শ্রীমতি সাবিত্রী দেবী |
| ৭। | উত্তম | — | শ্রীমতি ধবলী দেবী |
| ৮। | মন্ত্রী | — | শ্রীযুক্ত রাজেন্দ্র সিংহ |
| ৯। | লাম্মী | — | শ্রীযুক্ত ইবোহল শর্ম্মা |
| ১০। | বিবেক | — | শ্রীযুক্ত শেলুংবা সিংহ |
| ১১। | ঋষিবালক | — | শ্রীমতি তোম্বী, ইবেমহল অসিনচিংবী |
| ১২। | সভাগায়ক | — | শ্রীযুক্ত মণি সিংহ |
| ১৩। | ওঝা | — | শ্রীযুক্ত চন্দ্রবদন শর্ম্মা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সুনীতি | — | শ্রীযুক্তা রাধে দেবী |
| ২। | সুরুচি | — | শ্রীমতি তোম্বোন দেবী |
| ৩। | প্রতিভা | — | শ্রীমতি থম্বাল অঙোবী দেবী |
| ৪। | ঝংকারিণী | — | শ্রীমতি বিমলা দেবী |
| ৫। | প্রতিহারী | — | শ্রীমতি সোনা দেবী |
| ৬। | জগোই শাবী | — | শ্রীমতি সখী, ইবেয়াইমা অসিনচিংবী |

নিজবা

স্বজাতিগী থম্মোইদা
ভক্তধ্রুব য়োরক্তনা
চাওখৎলকপা সমাজনা
নিজরি ঈশ্বর' খুয়াদা

# ভক্ত ধ্রুব



## অহানবা অঙ্ক

### অহানবা উৎপা

( লৈকোন—নুমিদাংৱাই )

( রাজা উত্তানপাদগী কোনুং মযাদা লৈবা লৈকোন্নি—প্রতিভা দোল অমদা ফমজুনা শান্নরম্মী । )

**ইশৈ**

ও ইকাইথিবী লৈরাং ও —
শিঙেল নতৌ উবদা—নুজা ঐদি—খোইরাওই
পোমজুনসু লৈনীংদে—লৈকা ফন্নসু শাৎনীংদে!
লৈরাং করি নতৌনো?
ইনুংশোইবা খলহৌরো—শিঙেল পুকচেল লেপহৌরো
রাখল নুংবঙনরনু!
নোংমদোন লিক্লা তারনি — কোরৌমৈশা ফংলনি
পোমজুনা লৈবা য়াররোই!

( ইশৈ লোইবদা নরেন্দ্র ফীংনা চংলকই )

**নরেন্দ্র**—প্রতিভা! নং রা অমা তারব্রা?

প্রতিভা—( ইকাইনা ) করি রা ? ( লিবি খোইরিনা লৈখি )

নরেন্দ্র—ওঃ ঐ লাল্লে — হেক্তা কাওই—মহৌশাগী প্রতিভা নল্লে হাযবা—শাওগনু— । ( চৎকে তৌবা )

প্রতিভা—রাস্ত হাযবমদনা — !

নরেন্দ্র—ঐস্ত যাম্না ইকাই থিনা — লিবি খোইবিনা রা ঙাংবা হৈ — অদুবু মাদু চিনবান থোংদগীনি থম্মোই নুংদদি তরাম তরাম ইকোই কোইদনা খল্লি — ঐদী মীদোনা পুক্লিংগা চিনবানগা তেংঙান তেংঙানহনবা হৈতে ।

প্রতিভ —মতমননি — ।

নরেন্দ্র—মতমনা কবি — ?

প্রতিভা—অঙাং মক্তি নল্লে !

নরেন্দ্র—ওঃ অদুবা— ? [ গজেন্দ্র মকমদা লৈদুনা রা তাবা ]

প্রতিভা—লৈবাক অসিগী সেনাপতিগী মফমদা ঐগুম্বী — অমনা তবাম্না হঙ্গোইদনা রা ঙাংবা চুমদবনি খল্লি ।

নরেন্দ্র—রাখল অদু চুমদবল্লি নত্তে, অদুবু করম্বা মতমদা সেনাপতিনি হাযদুনা অক ইবা চৎখ্রবগে ?

প্রতিভা—লমচৎ নৈনবগী অধিকাব ! রা ঙাংনবগী অধিকাবস্ত লৈতে !

[ গজেন্দ্র চংলকপ প্রতিভা চেনখি নরেন্দ্রদি উদে ]

নরেন্দ্র—প্রতিভা ! প্রতিভা ! রা অমা তাখো ।

গজেন্দ্র—হাঃ হাঃ হাঃ চুম্মী ! অপ ম্বা লম্বীগী খোঙ্লোইদি ইকাই খঙদবনি — অদুগী মথক্তা নুপীনা পামদবা নিপানা অমুক হেন্না ইকাইবা খঙদে !

নরেন্দ্র—সেনাপতি গজেন্দ্র ! কাওব্বিরব্রা মীপুম খুদীংমক খা'বা ভম্বগী পনখৈ অমা লৈ। অদুনা ব্রা ভাংবদা—।

গজেন্দ্র—যাম্না চেকশিন্নগদবনি — নন্ত্রা ? অদুগা নরেন্দ্র নহাকস্থ খংউ প্রতিভা অসি গজেন্দ্রগী কনানো হায়বা !

নরেন্দ্র—যাম্না নোকনী'বা — ব্রানি সেনাপতি ! মাল'বগী খো চৎ লাইজগী ইচেল হোংহনবা য়াই, অদুগা মুংশি ইচেলদি নং ঐগী অপাম পা'মদা মতুং ইন্না হোংনহনবা ওইখো'ক্কবনি।

গজেন্দ্র—ব্রাফম অসিদা ম'হু চংদে ঐনা হাযরিবা অসিনি নংনা খুদোং থীবা থোকনী'দ্রবদি প্রতিভাগী ব্রাথল থ'দোকউ, নৎ-ত্রবদি খংউ গজেন্দ্রগী নাকলদ্দা যাল্লিবসি — লৈতেং নন্তে, যেক্কবা হাৎনবা থাওনি !

নরেন্দ্র—হাযজবা নন্তনা নরেন্দ্রদা শিংনরবদি নহাকস্থ খংউ নরেন্দ্রনা গজেন্দ্র সেনাপতিবু হাৎকনি হায়ন' ব্রাশকখি।

গজেন্দ্র—অদুক উশিৎতবা ! ফৈ থিন্দনা খঙগনি গজেন্দ্রগী মগুণ !

[ চৎখিবা ]

নরেন্দ্র—ইকাই খংদবা হূই ! গরুড়গী শাখপতা লীনগী ধমকা ?

[ চংখিবা ]

[ অতোপ্পা মাইকৈদগী ব্রাণী সুনীতি প্রতিভা চংলকপা। ]

সুনীতি—মাচু লাল্লে ইবেম্মা ! সুরুচি মুপীমচানি, ইমানা খল্লি মাবু পোকমিন্নবী ইনাওগুম্মা মানস্থ শোইদনা পোকমিন্নবী মচেম্নি খনগনি !

প্রতিভা—পুম্নমক চুম্মী ইমা, অহুবু ঐদি কৈদোউৈদস্থ তাজখিস্ত্রি

লোনবীনা পুকচেন চাওবসি ইমানা মাবু নুংশিরবসু মানদি শোইদনা শুন্ন·তৈনবা লমচৎ চৎলক্কনি মহারাজনসু মতম অমদা ইমাবু থৌওইবীরক্লোই।

সুনীতি—প্রতিভা! নবৌশিং লৈরবসু নহাক নুপী মচানি, নুংশিবা হাযবসি শেংলবা স্বর্গগী পেশক অমনি। মহারাজনা ঐবু কাওথোকলক্কুনা সুকচিতবু নু·শিথিগনি হায়বসি ইমানা মঙদা ফাওবা মঙদ্রি মনাই নুপীনা মপুরোইবগী পুকচেল খংদবা হৌনব্র'? অত্তুগী মথক্তা হন্দক্কী লুহোংবগী রা অসি মহারাজগী ইচ্ছা লৈবমদে। অত্তুদা ইমানা থল্লুরে, তেংবানবা অসিগী মনুংদা মপুরোইবদগী হেনবা ঈশ্বরদি নুপী ওইবী ঐথোহগী অমা অমুক লৈত্রে। অত্তুগা মচা নুপা পোকচবা হাযবসি লাইবক ফবগী মরানি! অত্তুবু ইমাদি ইচা ফংবগী মতম হেনখ্রে; হৌজিক মহারাজনা অমুক হন্না লুহোংদ্রবদি বংশ রক্ষা তৌনবা উপায় লৈত্রবনি! মসিদা ইমানা ইশাগী ওইজবা, ইশাগী নুংঙাইনবদা মমখিত্তুনা বংশ অসিবু মুৎহল্লবদি জগৎনা ইমাবু করি হাযনখিগনি! হয়েংমুক্কী মপোক্তা করি ওইনা পোক্কনি! অত্তুনা ইমানা হায়জমনবদগী মহারাজনা থবক অসিদা য়াবীরিবনি! মহারাজগী দোষ করিমত্তা লৈতে!

প্রতিভা—অত্তুবু ইমা! নোংমদি নহাক্কী অমুক নুঙাইরবা সংসার অসি মোংফম ওইরগদবনি! নচানা তাজৈ, লোম্নবী হায়বী অসি য়ুম্বানবগী তিংখংনি!

সুনীতি—অপঙবী! নংনা করম খঙগনি সংসারগী নীতিবু! নংদি

অমৃতগী মনম কোক্তিৱী অঙাংনি! নংস্থ মতম অমদা খংলক্কনি, মপুরোইবগা মনাই ওইবী ঐখোইগা কয়া য়াম্না মরি লৈনবগে হায়বন্থ।

প্রতিভা ঃ— ইমা নহাক্কী থম্মোইনা কয়া ৱাংলিবা, অন্থবু নচানা তত্তনা চিংনজৈ, নোংমদি তাববগনি ৱাজপুৱী অসি অরাবগী খায়াত্তা!

( মন্ত্রি চংলকপা। )

সুনীতি ঃ— মন্ত্রি মহাশয! ঐনা যাম্ন কুইনা হাইজরবগী মতুংদা মহ'বাজনা কুটবৃদ্ধিগী মচা মুপী সুরুচিগা লুহোংবা য়াবিরে! অন্থনা থবক অসি থিস্থবগী কান্নবা লৈতে! লৈপাক অপুন্বা পাঙ চেল্লু—হৌনবী মতিক চাবা দান ধর্ম্ম তৌনবা থোৱাং তৌ; দেব মন্দির খুদীংদা অনৌবী রাণীগী মঙ্গলগী দমক্তা অমদি মহারাজগী বংশ রক্ষা তৌনবা মতিক চাবা নিংথিরবা ইচা মুপা ফংজনবা পূজা কৎহল্লু।

মন্ত্রি ঃ— তাকাপিবা স্না য়াথং হিকতোকচবা ইতিক্তি নত্তে! অন্থবু দেবী করিগীদমক্তা নহাক্কী অসুক মুঙাইরবা সংসার অসি মাংনবা শিল্লিবনো? মহারাণীসু ওইসন্থ লাইরবা চাকনিবীগী ইমুং ফাওবদসু লোন্নবীগী মৈথুনা মিংতগী পী তাহন্দবা লৈত্রিবনি!

সুনীতি ঃ— মন্ত্রিবর! ঐ য়াম্না মুন্না খংই, অন্থগা মসিমসু থাজবিয়ু মপুরোইবগী য়াইফনবগীদমক্তা মৈনুংদা হিংনা চোংশিনবা ফাওবদা চিংনদ্রবী মুপীগী জাৎনি! ইশাগী মুংঙাইবা, ইশাগী ওইজবদা ঙাওন্থনা মাংনবা কারিগুম্বদসু তৌরমলোইদবনি; থংবিয়ু মন্ত্রি মহাশয়! ঐ মহারাজগী মাতিক চাবী রাণী ওইবা পামজৈ।

মন্ত্রি ঃ— ইমা নহাক অসি থাংঙ্গশেংবী লাইরেম্বীনি অম্তুক চাওবা স্বার্থ ত্যাগ, মমাংঙৈদস্ত তাখিদ্রি মতুংদস্ত থোক্লোই ; রাজ্যগী মঙ্গলগীদমক্তা নশাগী ওইজবা থাদোকপগী রারী অসি যুগ যুগ খুদীংদা মমা ওইবী জাতিগী থম্মোইদা য়েক্তুনা লৈহৌবগদবনি ।

——— —

# অহানবা অঙ্ক

## অনিশুবা উৎপা

( উমং লম্বী )

( অহিং নোংযাই থামম্বা অহিংনি ছদ্ম বেশী বিবেক ! ইশৈ শক্তুনা চংলকপা )

### ইশৈ

চেল্লী লেপ্তুনা মতম ইচেল
হোংলি খোংচৎ পুঞ্জা খুদীংগী
তাইবং জীবনা ইযাইদা তাওরি
পম্তুংফম খংদনা লম্মুক্ররি !
কনানা কপ্পী কনানা নোকই
অৱাবগীস্তু রানা নুংঙাইবগীস্তু নুংঙাইনা
থংহৌদনা লোইখি নোংম নোংমগী
ঙাইদে কনাস্তু য়েংলমদে কনাবুস্তু
মায়াগী চৈথানা ভুংগী কাওনরে—

খন্দে কনাস্থ পোলোইগীদমক
কল্লক মীহৌ ইরৈদা লুপ্তুনা
ইরাক্লগনি খংনা খংনা ।।

বিবেক ইশৈ শক্লা শক্লা চংখি ।

---

# অহানবা অঙ্ক

## অহুমশুবা উৎপা

( রাজ অন্তপুর )

( নিংথিজনা শেম শারবা কানি নৌনা লুহোংলুববী রাণী স্থরুচি ফমছুনা লৈ । ডাইহাক লৈরগা প্রতিভানা লুচিংছুনা জগোই শাছুনা সখিশিং চংলকই ।

### ইশৈ

শাৎলে ফুগাইনা নুংশি লৈরাং
য়াল্লে ঙসিদি পামজবা হৈরাং
থম্মোইগা থম্মোইগা শিন্নরে
পুন্সি লৈপুন রাশক্লরে ।
ফংঙরে নুংশি মপাও তাজবা
ওইররে পামু মাইথোং উজবা
শুমহৎথরেদো ঐগী থম্মোইসে
শিন্নথরেনে মঙোন্দা হুকচাংসে ।

সুরুচি :— নখোই চলো, পোত্থাজরুরো ( প্রতিভানচিংত্থনা চংখিব' )

( সুরুচি শাওনা মফি মরোল লৌথোকপা লৈ-শু চাইথাইবা )

থম্মোইগী মৈচাক ওমচাক্লন' থাংবা তারি—ওঃ লোম্লবী লোংবী কয়াদা থিগ্রবা ঐগী লাইবক্লো ? করিগীদমক্তা ইম' ইপ'ন' অতোনবী ওইরুনবা ঐবু মুপী লৈবা মুপাদা থাজরকলিবনো মসিগী শরুক হু পীজত্থনা ঐবু হাংতোকপিরমলবদি মৈচাক অসি ফংলোইদবনি ; অসুম্না হিংগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফৈ ; ঐনা হৌজিকপু মীগী য়াকা ভাইত্থনা, অরেম অপা থরা চা থক্তুনা, মীনাই মুপীগুম্না হিংত্থনা লৈবা অতে'নবী অতোনবী ! খুদকঅসিমক্তদা কোকথক অসিদা শজ্রতাত্থনা শিরবদি ফগদবনি ইস্ অসুক য়াম্না থাংভমদবা মৈচাক।

( ঝংকরিণী চংলকপা )

কনানো ? করি পাম্মী ?

ঝংকা :— ইমা ! ঐ পরিচারিকা অমনি থৌগলগীদমক্তা লাকচবনি।

সুরুচি :— ঐভোন্দা থৌগল লাঙ্গলগী কাম্নবা লৈতে।

ঝংকা :— ননাইশিং কনাগুম্বী পরিচারিকাশিংবুদি কাম্নবিরমদবা য়াই, অত্থগা ননাই ঐনা লাকচবদি ইশাগী কাম্ননবা চিরোন থৌগল তৌজবা লাকপা নাদে।

সুরুচি :— করিগীনো হাইয়ু ?

ঝংকা :— নানইগী অয়োন অরান পুম্বা ভাকপীয়ু ! ঐ অহানবদা মহারাণী অহনগী মনাই ওইরমই ; নোংমা ইমানা লুহোংত্রিভৈগী মমাংদা লুহোংবগী রা অসি ভাংনৈ নিংথৌ রাণী অনিনা, মতম

অদুদা ঐনা থোগল তৌজে ইমাগী মরমদা য়াম্না হায়নৈ ৱাহু করি হ'য়না তননগনগে ইমানা শংবিরিবা অদুমঙাই অহলনা অতোনবীবু নুংশিবা হৌনব্রা ? অসুম ঙাংনরকপা অদুদা ইমাগী ফত্তবা ৱা য়াম্না হায়, ঐসু নহানিনা অদুগুম্বা ৱাশিং অদু ইশামক' পান্দমনদুনা য়েংউরে, অদুদা খাংবা ঙমদ্রদুনা ৱা অমা অনি য়েংলি — অদুদগী ঐবু শাওদুনা নুমিৎ অদুদগী থোগল চংহন্দ্রে।

সুরুচি — নহাক্কী নমিং করি কৌই ?

ঝংকা — ঝংকারিনী কৌজে ইমা ! ৱা অসি নিংথৌ মহারাণী অদুগা ঐ অসি নত্তনা কোংনুংগী কনাগুম্বা অমত্তা তাদে ! ঐগী ইমা-ইপা কনা অমত্তা লৈজদ্রে ! রাণী মানা লুহোংদ্রিঙৈদগী য়াম্না নুংশিনা ইমা-ইপা শকপীরগদোবনি থঞ্জদুনা লৈজরক্লি ! কান্নগদোবা লৈরবদি থরাই ফাওবা থাদুনা সেবা তৌগে হায়না চংজরকলিবনি !

সুরুচি — ঝংকারিনি ! ঐসু নংবু হেক উবদা নুংশি, ঙসিমথৈ নং ঐগী ইনাক্তা লৈরগদবনি—ঐনা থল্লি ঐদি অতোনবীনিনা কোনুং অসিদা ঐগী মী কনা অমত্তসু লৈরমলোই অদুনা ঙসিদগী নং ঐগী অফ-ফত্তা পুন্নমক্ত ৱা তান্নবা মীনি।

ঝংকা — এঃ ইমা মহারাণী অসোমদা চংঙক্লে হৌজিকমক ঐবু উরবদি চিংনথিবা তারে, ঐ কা অমসিদা লৈজগে, ইমা ! ৱাণী অহলসে মচিন্দিনে ফজথ্রবনি—অদুগা মপুক্তি—উম—হু ;

( চংখিবা )

সুরুচি — চিনবান্দনা অমৃত পুক্লিংদনা ছু। ( মহারাণী চংলকপা। )

সুনীতি — করিগীনোনে ইবেমা—অসুক কুইরব। অসি নোংমতা হরাও হরাও লৈবা উদে। ইশুক শুকথত্তুনা লৈ কনানা কার হায়বগে ইনাওদা !

সুরুচি — পোকলকপদগী অরাবতনা শরুক ওইরবী সুপীগী মপোক্তা নুংঙাইবগী শরুকপু য়াওব্রা ?

সুনীতি — করিগী নুংঙাইত্রিবনো ? করি রাৎলবগে ইচেদা হায়বতদি হায়য়ুদনা, করি ননিং থুড্রবগে ?

সুরুচি — করিসু নত্তে।

সুনীতি — অদুদি করিগী ইশুক শুকথরি, করিগীনো হাযবনি ?

সুরুচি — অরাবগী ওমথৈবু লৈরমখিদ্রা ? হিংভিবা অদুক্কী মথৈ রানা কপ্পা পুন্সি লেল্লগদবনি।

সুনীতি — করি অমত্তা ভাব তাদ্রে।

সুরুচি — থংনিংঙাই করিসু লৈতে !

সুনীতি — লক্ষ্মীগুম্বা ইনাওনি ! ঈশ্বর ইবুংঙো ! ঐগী ইনাওগী মঙ্গল পীনবীয়ুকো ! ( প্রতিভা চংলকপা)

প্রতিভা — ইমা ! অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ পাঞ্জি অমগক লাকই ; মানা হায়বা পূন্নমক চুম্মী ; অভকপনি ইমা ! মাগুম্বা পাঞ্জিদি অমুক্তা উখিদ্রি !

সুনীতি — চৎলো, ব্রাহ্মণ অদুবু মফম অসিদা কৌরকউ।

প্রতিভা — করি হায়রুগনি ?

সুনীতি — হায়য়ু ইমা অহলনা কৌরি য়ুম অসিদা লেংশিনসি।

প্রতিভা— প্রহরীশিংনা থিংলবদি ইমা !

সুনীতি — ব্রাহ্মণবু কনানসু থিংলোই ; ঙসি ফাওবা কনাগুম্বা ব্রহ্মণ অমতবু কোংনুংগী মফম খুদিংদা চৎথোক চৎশিন থিংবা লৈখিদ্রি ।

প্রতিভা — অদুদি কৌজরুখিগে ।　　( চৎখিবা )

সুনীতি — যেংহনসি ইচা মুপানা হানগদ্রা মুপীনা হানগদ্র। হায়বা ! ( সুরুচি শাওনা লৈথোকপা ) অঙাওবী ! অসি ফাওবা ইকাইরিব্রা ? ( পাঞ্জি অমসুং প্রতিভা চংলকপা ) খুরুমজরি ব্রাহ্মণ— ।

পাঞ্জি — অ দিত্যনচিংবা গ্রহ পুন্নমক্না মতম লৈব থিবিক্তা লৈবাক্কী চ ওথৎপা পিনবিসনু । বক্র দৃষ্টি অশুভ দৃষ্টি থাদে ক্লুনা রাজ পরিবার অমসুং প্রজা বর্গগী সুখ শান্তিগীদমক শুভ দৃষ্টি তৌবিসনু ।　　( প্রতিভা আসন অমা থাবা )

সুনীতি — ব্রাহ্মণ ! আসন অসিদা লেংশিনবীযু ! ( সুরুচিদা ) লাও ইবেম্মা ব্রাহ্মণবু খুরমমো !　( সুরুচি হৈনিংদনা খুবম্বা )

পাঞ্জি — ঙসিদি ইমা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরে। ঐনা খ'ল্লি, অসুক চেকশিন্না নোমহুনা যোগ শিক্ষা তাল্লকপা অসি ঙসিতা মহৈ য়ানগদৌরি । নুংঙাইবনা হরাও তুজুংই ।

সুনীতি— য়াম্না চোকথনা উরে। মপুংফানা পোত্থাবিথো ।

পাঞ্জি— নত্তে ইমা ! কাম্নবা লৈতে পোত্থাবগী ! নকশিল্লক্লে পুন্সিগী পোত্থাবা মতম ; কয়ানি ঙমথিগনি কর্ম্মময়—জগৎতা কর্ম্মগা মায়োক্লবা ; পোত্থাবগী রাখল করিনো ইমা ;

ডাইদুনা লৈরে লোম্বা নাইত্রবা পোত্থাবনা! ভগবান্দা নিজরি মফম অদুদা চৎলগা পোত্থাবা; সংসারসিদি নত্তে পোত্থানবা মফম কর্ম্ম ক্ষেত্রনি !

প্রতিভা— ঠাকুর নহাক্কী কনাস্থ লৈত্রবরা ?

পাঞ্জি— কনা অমতা লৈতবা, হাঃ হাঃ হাঃ ইমা! পুম্নমক লৈ করুনাময়জগদীশ্বরনা নাক্তা লৈবিবা মাবু নিংজরিবা মহাক্কী করিগী ওইগনি ইমা, কনাস্থ লৈতবা মী !

প্রতিভা— ফরে ঠাকুর! নহাক্কী নচা নশু পূম্নমক লৈরবদি অস্থক অহল ওইরবা মতম অসিদা করিগী দেশ খুদিং কোইনা চৎলি ।

পাঞ্জি— অঙাওবী ! লৈনা লৈনা কোইবা অসিবু ইথস্থরা ? সংসার চক্রসি অরেপ্পা লৈতনা লৈরিবনি! চংইবনি চক্রসিদা সংসারগী জীব পূম্নমক ; তোংঙুদুনা চক্র অদুদা লৈরিবনি ঐস্থ অরেপ্পা লৈতনা !

সুনীতি— দেব ! নহাক্কী রাস করিমত্তা থংবা ওমজদে ।

পাঞ্জি— পুণ্যবতী রাজ্যেশ্বরী উত্তানপাদ মহিথি ! করি অমুক হায়খিগনি ইমা ; নহ কুপ্বা লাইবক ফবী নুপী অনিশুদে জগৎ অসিদা। পোকখ্রবনি অফবা খেনফমদা, নহাক্কী নগুন্না ওইরে লাইবক ফবী রাজপুরী, নিংঙম্মী ঐনা, লেমহৌবা পুন্সিগী শরুক অসি লেল্লগে তীর্থ ভ্রমন্দা মদুগী অমুক কান্নবা লৈত্রে ; ওসি নহাকপু উজবসিদা ফংজরে তীর্থ পূম্নমক কোইবগী ফল ! ইমা বিশ্বজননী

নত্তে নহাক্তি রাজরাণী; বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মী স্বয়ং কমলানি ইমা! মহৈ য়াম্লে ওসিদি তমজরুবনী ঐনা যোগ শিক্ষা জ্ঞান পুন্সিগী সাধন পূম্নমক—।

প্রতিভা—ঠাকুর হোৎতুনা য়েংবিরো!

পাঞ্জি — হোৎলুবগী কান্নবা লৈতে! উরে পূম্নমক জ্ঞান চক্ষুনা! ইমা সুনীতি—লোইবা নাইদে নহাক্কী লাইবক ফবগী নুমিৎ, থিন্দনা ফংজরগনি; ইমা লাইমক্না ফংওমত্রবা নচা নিপা অমা! অভাং অহুসু ওইগনি বৈকুণ্ঠাধিপাতি শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা মনাই! পূজা তৌনরগনি জীব খুদিংনা সংসারগী! সমুদ্রনা কোইরবা পৃথীবিমীতা নত্তে বৈকুণ্ঠদগী হেন্না রাংলবা মফম অমদা ওইরগনি মহাক্কী লৈফম! নচাগী য়াইফনবগী-দমক সংসার কারাগৃহদগী চৎলিবনি ইমা মুক্তিগী লম্বেলদা যাত্রিক ওইনা। ( হৌগৎতুনা চৎকে তৌবা )

সুনীতি —লেংবিখিসু ব্রাহ্মণ, থৌজানবীহুনা ভাইহাক্তদি পনবিখে', নহাকপু কৌজবা নত্তে ঐগী গণনাগীদমক, ইনাও নুপীগী-দমক্তনি।

পাঞ্জি — খংই ইমা! ভিক্ষারিনা নিজরুবা লৈতনা ভিক্ষা ফংজবদা চেল্লিবনি মাইকৈ খংদনা হরাওনা! মহাক অসি মহারজ কুট বুদ্ধিগী মচা নুপী, সুরুচিনি, লুহোংবা কুইত্রি; সুরুচিগী মচা নিপা অহুনা মরম ওইহুনা নহাক্কী নচা নুপাগী লাইবক ফবা অমুক হেনগদোরিবনি! সুরুচিসু মচা নিপা অমগী মমা ওইগনি। ( চৎখিবা )

( পরিচারিকা অমা চংলকই )

পরিচারিকা—মহারাজ স্না য়াথং।

সুনীতি —চংসি চংসি প্রতিভা! নমা পোশ্বজরজসমু চংসি—

( সুনীতি প্রতিভা চংথি )

সুরুচি — লোম্নবীগী মচা মুপাগী মরাইবক ফবা হেনগংনবা ঐগী ইচা মুপা পোকপা! রা অসিবু করম্বা মুমিত্তা কাওখিগদগে! অতোনবী! অতোনবী! রাণী অতোনবী কয়াদ চাকখ্রবনো? ঐ হৌজিক পাম্মী, ঐগী লম্বীদা য়েক্না তিথং লৈতবা, পাম্মী মীথা পোন্দবা মশাগী মুংঙাইনবা, কাম্নবগীদমক্তা মুপী ওইবীগী পুন্সিবু শাম্নপোংনে থনবা; জগৎ পূম্নমক্তা থংহলমগনি রাণী সুরুচিগী মগুণ (ঝংকারিনী লোম্না চংলকপা।) রাজা উত্তানপাদবু ইখুংচন্দুনা, রাণী সুনীতিবু তানথোক্লিবা মথৈ; চরা নাম নামতা চাগে।

ঝংকা — ইমা! করিনো হায়রিবদো মাহুবু মীতাবা য়াবা রারা?

সুরুচি — নত্তে, ঝংকারিনী, ঐ লম্মল খুম্বা পাম্মী, মতিক চাবা লম্মল, লোম্নবী সুনীতিবু তাম্হোক্নুনা ইনিং ইথা তম্না পানবা ঙমদ্রবদি ঐ হু চাহুনা শিগদবনি—!

ঝংকা — হু-হু; নত্তে ইমা অমুক্তা তপথবিথো!

সুরুচি — তপথবা—তপথবা করম্না তপথগদৌরিবনো? ঝংকারিনী মহারাজনা মতম পূম্নমক্তা লোম্নবী সুনীতিনা হায়বদা ইনবা মিংকুপ অমত্তা ফাওবা ঐগী ইনাক্তা লৈতবা; অসুক রাবা পুন্সি অসিদবু করম্না অমুক তপথনা লৈখিগদগে।

ঝংকা — অদুবু ইমা ! শাওরবদি কদাইদগী থবক পাংলগদগে ? থবক পূম্নমক অসি পাংথোকনবা অরাইবা লম্বী অমা লৈরে স্না য়াথং ঙাইদুনা লৈজরিবনি !

সুরুচি — হায়ু ঝংকারিনী করম্বা লম্বীনো ?

ঝংকা — হৈ শিংলবা সেনাপতি গজেন্দ্রবু ইমানা থাজবিয়ু মহাকসু রাণী সুনীতিগী য়েক্লবা অমনি ; ইমানে, ঐনে সেনাপতিনে ; অদুম তান্নদুনা শিল্লবদি মহারাজ মহারাণীদি থম্বু থম্বীথো, ইন্দ্ররাজ ফাওবা মাইথীবা পীবা ঙমগদবনি !

সুরুচি — অওইবরা ঝংকারিনী নংনা হায়রিবা অসিবু ?

ঝংকা — ঐবু থাজবিয়ু ইমা ! থোগলগীদমক্তা সেনাপতি গজেন্দ্র ঙাইজরি ।

সুরুচি — অদুদি মাবু কৌশিল্লকউ !

ঝংকা — অজ্ঞা ! ( চৎখিবা )

সুরুচি — নিংথোগী থাজরবা মনাই সেনাপতি, অদুগা কোম্মুংগী অচেৎ অকোম পূম্নমক মুন্না থংলবী পারিচারিকা অমসুং ঐগী হকচাং শেম্নবী, খংগনি হন্দক্তি সুনীতিবু লম্বীগী চাকনিবী ওইনা চৎহনগে লৈবাক অসি ঐগী ইঙ্গিৎতা পুনীংবা মাইকৈদা পুগে শাহনগে জগোই সুরুচিগী পুংলোন মতুংইন্না মহারাজ উত্তানপাদ !

( গজেন্দ্র ১সুং ঝংকারিনী চংলকপা )

গজেন্দ্র —খুরুমজরি নচানা রাণীমা ! ( সুরুচিনা মুন্না য়েংবা)

সুরুচি — সেনাপতি ! করিগীদমক্তা ঐঙোন্দা লৌনম তৌরি ? খনবরা রাণী অহলগুম্না চিরোন চৎপা মীনি হায়না ; নহাক্না অসুক কুইবা নিংথৌগী মনা মথুম চাদ্রনা লাকলগা মাগী মহারাণী অহলবু মাংননবা শিনগদৌরি—নহাক খংবরা সেনাপতি ঐ অসি কনানো ? নহাকপু মিকুপ অসিমক্তদা নফম লৌথোক্তুনা কৈথেল খুদিংদা খুংগোইবা ভম্বী রাণীনি হায়বা নহাক খংব্রা ?

গজেন্দ্র —রাণীমা ! ননাই ঐ হৌজিক ফাওবা করিগুম্বা থৌগল লোন অমক্তা !

সুরুচি — তুমিন্ন লৈয়ু নরা তানিংদে !

গজেন্দ্র —( নোক্তুনা ) রাণীমা ঐ সেনাপতিনি !

সুরুচি — সেনাপতি ! চৎলু মফম অসিদগী থুনমক চৎলু !

ঝংকা — রাণীমা ! ( তুমিন লৈয়ু হায়না ইঙ্গিৎতৌবা )

( গজেন্দ্র চৎকে তৌবা )

সুরুচি — লেপখো ! ( গজেন্দ্রদা মুম্না য়েংই মমিৎ কুপতে ) হাঃ হাঃ হাঃ সেনাপতি ! হাঃ হাঃ হৌজিক্তি খংলে ! লৈবাক অসিগী মসুংদা ঐনা থাজবা মী লৈতবসি লানব্রা !

গজেন্দ্র —য়াম্না চুম্মী !

সুরুচি — মরমদি—।

গজেন্দ্র —অতোনবীবু জগৎনা মুংশিনদে !

সুরুচি — অদুদি ঐনা থল্লিবসিদি লানবরা ?

গজেন্দ্র —রাণী-মা-না থজিক্তং থেংনা খনবীখ্রে অদুবু লান্দে ; মরমদি

ফনা কম্না নাবা ওইহনসু লাইয়েংবা য়ারিগৈদা হিদাক ফংবনিনা।

সুরুচি — ঝংকারিনী চৎসি—ময়াই থংবা ঐগী কাদা অরুবা রা তান্নগদবা লৈ।　　( তমক চংথিবা)

( সুনীতি প্রতিভা চংলকই )

সুনীতি —অঙাওবী! মীনা খনবা রাথলবু ঐনা থনগনু হায়রগা থলহন্দবা ভুম্বা নত্তে! ঐনা সুংশিবা মী অদুনবু ঐবু সুংশিদবা হৌনব্রা?

প্রতিভা—অদুবু ইম —ইমা সুরুচিনা!

সুনীতি — তুমিন লৈয়ু অপংবী রাণী সুরুচিবু ঐগা মান্নবা সুংশিবা ভমদ্রবদি রাভাংগনু; পুম্নমক অসি থংদবা নত্তে; অদুবু করি তৌগান ইমাগী লাইবক্তা তমখ্রবনি! কদাই হৌজিক ফাওবা মহারাজগী লুক হানবা থৌরাং তৌদ্রিনা চৎলু নমা অদু থংনবা কাদা লৈত্রা য়েংউ ( প্রতিভা চংখিবা ) নুমিৎ খুদিংগী লুক হাবা মতম হেনখিগদৌরে কদাইদা লৈখ্রবনো ইনাও অদুবো?　　( প্রতিভা চংলকপা )

প্রতিভা—থংনবা কা অসি থোংলোল্লি! মনুংদা মী লৈবগী সউমসু তাই ইমা ঐ কিদুনা কৌজরক্কে!

সুনীতি —এঃ ফবে-ফরে ইমা-ইচা থৌরাং তৌরুরসি নং মহারাজদা হঙ্গৎলু ইমা লুক হানবা থৌরাং লোইহনা মফম অসিদা লৈরমলগে।　　( ২মক চৎথিবা )

( সুরুচিনা মাংথাহনা ঝংকারিনী গজেন্দ্র চংলকই )

সুরুচি — উরেদনা আদ চৎলিবসে, মুমিৎ খুদিংগী কা অসিদা মহারাজ লুক হায় রাণী সুনীতিগা ঐগনা থোগল তৌই অতুনা য়ারবদি থবক অসি থিন্থবনা কান্নবা লৈতে ; হয়েং মুমিদাং অসি—

গজেন্দ্র —ননাই ঐনা শোইদনবা হোৎগনি !

সুরুচি — ফরে ! অতুগা ঝংকারিনী নংদি থবক অসিগী মরমদি য়াম্না চেকশিনবা ফৈ ; করিগুম্বা নাশল অমতা ফংখিবদা হিংফম লৈত্রবনি !

ঝংকা — অজ্ঞা !

সুরুচি — নুংঙাইরে, চৎলো হৌজিক মহারাজ লুক হাবা লেংলক-লগনি ! নখোই কা অসিদা লৈবা য়াদে ; কনাগুম্বা উখ্রবদি য়াম্না চিংনগনি । ( অনিমক চংখিবা ) হাঃ হাঃ হাঃ সুনীতি খংগদবা কুইদ্রেদো ঐগী ইগুণ ! নুংশিৎ নাকোইদা শিৎহনগে অহিং নুংথিন মান্নহনগে, লৈবাক অসি মথক মথা ওনগে সুরুচি ঐনা থক-খা পানগে হাঃ হাঃ হাঃ

# অহানবা অঙ্ক

## ৪ শুবা উৎপা রাজপেথ

### রাজপথ

( গণক ব্রাহ্মণ ১মুং নরেন্দ্র )

পাঞ্জি — পা'খং খংগে হায়নস্থ তাল্লুগস্থ চংগেস্থ নি'ঙুগস্থ কুপাপ্রবা রাজনীতিগী লম্বীনি ; অতিংবা পুকচেলনস্থ কান্নবা লৈতে র হৈ রাতা ফজবনস্থ চৎনবা নত্তে, অতুগ নংগী মাইথোংদগী উবা ফই নহ'ক নোংমদি শোইদনা ; লৈবাক অসিগী অনিশুবা নিংথৌ ওইতুনা পাল্লখিগনি ; চেকশিল্লু পাখং নিংথৌগী স্ন নাক্তা, নিংথৌগী থৌগল তৌবদি য'ম্না লুবনি ; কদৌৈদস্থ খল্লুগস্থ চিরোন তৌগে হায়না নিংথৌ স্না নাক্তা লৈরগা চিবোন তৌবদি মপুনিংব' ভুইদগী হেন্না তোনবনি ; মশা মথন্তা মাংবা নত্তে মাংলিবান নিংথৌ প্রজা অমতা খাক্তন' !

নরেন্দ্র — নয়াথং মতুং ইন্না চৎচগনি ব্র'হ্মণ করিগুম্বা অকাইবা লৈত্রবদি খংজবা য়াগদ্রা নহাক্কী পরিচয় ?

পাঞ্জি — পরিচয় ! পরিচয়না করি কান্নবগে বৎস ? সংস ব অসিদা কনানা করি পরিচয় পিফম লৈরিবগে নহাক্ত খংগে ; ঐ পাঞ্জি হৈবা অমনি অতুগা পুকচেল তিংবা অচুম্বা ভাংবা মী অতুনা ঐগী শাগৈ নাতৈনি ; খংউ ব্যস ! নশাগী পরিচয়দি নশাতনা পীগদবনি অচৌবা শাগৈদা পোক্তুনস্থ লমচৎ নাইদবা মীদদি মহাক্কী পরিচয় লৈতে—মীনা খংই শাদগী হেন্না তোল্লি !

নরেন্দ্র —হে ব্রাহ্মণ নহাক্কী পাওতাক অমৃত ফংজবদা ঙসিতা মঙাল উবা ফংজরে মীকপ থোকলে !

পাণ্ডি — নত্তে পাখং কদৌঙৈদস্থ নশাবু কাওজগনু পাওতাক্কা কান্নবা নত্তে—কান্নবা নত্তে তৌবিমল খংবা উৎপনস্থ। অমৃতদনা কান্নবা নত্তে. শিজিন্নরবদি মফম চানা হৃদগীস্থ কান্নবা ফই ! থবক্কা খুৎথাদ্রবদি খংবা ঙাকনস্থ মহৈ ফংব নত্তে

নরেন্দ্র —ব্রাহ্মণ কোন্নুংদা লেংশিনবিহুন' মহারাজগী আতিথ্য লৌবিথো !

পাণ্ডি — মহারজ উত্তানপাদ ঐ যাম্না মুন্না খংই, কান্নবা লৈতে মহারাজ উন্নবগী উন্নরে মহারাণী অমদ নহক ; খংঙে বৎস নিংথৌগী রাণী অচানবা মনাই ; অনিদগী খংব ঙংলে মহারাজ উত্তান পাদগী পরিচয় ; মুপীগী সহধর্ম্মিনী নিংথৌগী মনাই অনি অসিতনি যেংগদবা, ঐনা উনিংবা উবা ফংলে, খংনিংবস্থ লোইনা খংলে চেকশল্লু বৎস ! যাইফবগী মাংদি খুদোংথীবনা থাবনি ! অমম্বা লৈরমদ্রবদি মঙানগী মশক খংলমোইদবনি ঐ চৎলে— ( চৎখিবা )

নরেন্দ্র — ব্রাহ্মণ নহাকপু কনানো ঐগী পুক্লিংনা হায়রি নহাক সিদ্ধ ফংলবা মহা পুরুষ অমনি ! নংনা ঙসি ঐগী থম্মোই-নুংদা লৈরম্বা অমম্বা পূম্নমক কোকহনবীরমলে ! ঐবু আশিষ তৌবিরম্মু মতম পূম্নমক্কা নিংথৌগী থবক্কা পুক্লিং শেপ্তবা এঃ মহারাজগী থৌগল মতম থেংথ্রে !

( চৎকে তৌবা ঝংকারিনী চংলকপা )

# অহানবা অঙ্ক

## ৫ শুবা উৎপা

## রাজ অন্তপুর !

( রাজ উত্তানপাদ নিংথিনা শেম শারবা আসন অমদা ফমগুনা লৈ রাণী সুরুচিনা থোগল তৌরম্মী )

রাজা — রাণী য়াম্না কুপথুবা রাজনিতিগী রানি অদুগী মথক্তা প্রাজাবু পেন্নবা হোৎনবনা নিংথৌগী মথৌনি ; প্রজা নত্তুনা ঐগী কনা'সু লৈতে, শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং !

সুরুচি — ঐদি পাংলবী মুপীনি অদুক যাম্বা রা খংজবা নত্তে ঐনা অহিং সুংথিল মতম চুপ্পদা খপ্পরিবা হায়নবু মহারাজগী থোজাল ফংজবা !

রাজা — ঐসু সুংগাইরে, ঐনা খল্লম্মী ; বংশ রক্ষ গীদমক্তা অমুক লুহোংবগী কান্নবা লৈতে মসিনা ওইবা য়াই মাংননবগী মরম অদুবু লাল্লে রাখল পূম্নমক অদু ; পুকচেল শেংলবী রাণী অনিনা ঐগী ওইরিবৈদা করিসু চিংনফম লৈত্রে ।

সুরুচি — অদুবু ঐদি মতম পূম্নমক্তা চিংনজে, লাইবক থীদুনা অতোনবী ওইররে অদুগী মথক্তা মহার জনসু থোওইবীদে কোনুং অসিদা ঐগী মী অমত্ত লৈজদে !

রাজা — কনানা হায়রিবা নত্তে নত্তে রাণী নংগী রাখল অদু লাল্লে !

সুরুচি — ঐসু খংজে মহারাজ, মীওইবসি ! লৌনম চাওই ; পুক্তনা অমা থমলগা চিন্দনা অমা ভাংই ! ঐনা মীরা ভাংনিং-দদুনা তৌবনি রাণী অহলনা সুমিৎচুপ্প' ঐতোন্দা য়েক্কবগী

মীৎয়েংনা য়েংহুনতা লৈ ; মহারাজনা ঐগী কাদা লেংশিনখিবা উরবদি কোন্নুং অসিদা মী অমতা চংবা য়াদে ; শাওবনা মৈ হোই ! ঐস্ন মুপীনি ; ঐ য়াম্না মুম্না খংজৈ কল্লক য়েংথীবগী মৈ অসিদি কৈদৌঙৈদস্ন মুৎপা লৈতে ! নোংম নোংমগী হেনগৎলক্কদবনি ! মহারাজনা ঐবু চানবীরি হায়বসি ঐদি হৌজিক ফাত্তবা থাজজবা ভমজিত্রি !

রাজা — হাঃ হাঃ রাণী নং ঐবু থাজদে অহুদি হাইয়ু করম্না থাজগনি !

সুরুচি — করিবু কান্নগদগে মহারাজ য়াবিগদৌবা লৈতবনিনা হায়-জরুহুনা অরেম্বনি !

রাজা — ঐ য়ারে হায়ু নংনা ঐবু থাজগদবা মরম।

সুরুচি — ঐভোন্দা অশাওবা মীয়েংনা য়েংবিরোই ; মতম পূম্নমক্তা ঐনা হঙ্গচ্চবা পূম্নমক তাবিগনি হায়না রাশকপীয়ু—অহু ওইরবদি থাজজগনি !

রাজা — ঐ রাশকলবনি রাজ কার্য্যদা অকাইবা নত্রবদি নহাক্না হায়বা পূম্নমক ঐ য়াগনি থাজরব্রা ?

রাণী — (খুরমহুনা) স্না চরণগী কৃপানি হিঃ লুক হাবা মতম থেংখি-গদৌরে কনা লৈ ? মহারাজগী লুক হানবা থৌরাংতৌ হায়রু, লেংশিল্লসি স্না হকচাং শেংদোকপীররো !

রাজা — চৎসি রাণী।　　(২মক থোকখিবা)

(অতোপ্পা নাকলদগী ঝংকারিনী, গজেন্দ্র চংলকই)

গজেন্দ্র —চেকশিল্লু ঝংকারিনী নং থোংমরুম অসিদা লৈয়ু ঐ মরুম অসিদা লৈগে খংভব্রা পোৎ অহু য়াওরব্রা ?

পরি — তাকপীয়্ রাণীমা !

সুরুচি— মহারাজগী লুক অসি কনানা চল্লকই ?

পরি — মহারাণীনা— ।

সুরুচি— কা অসিদা কনা কনা চংলম্মী ?

পরি — ননাই ঐনা থোংদা লৈজরিভৈদদি মহারাণী নত্তুনা কনা অমত্তা চংলক্তে ! অদুগা—মহারাণী য়াম্না থুনা লেংথোকখি !

সুরুচি— ঐ য়াম্না চিংনরে—ইস্ মিৎ পাম্বোম্না চোংলিবা ?

(পরিচারিকা থোকখিবা)

রাজা — করিনো রাণী নহাক্না চিংনরীবা অদুবো ?

সুরুচি— লুক অসি হাবিরম্নু ঐ য়াম্না চিংনজরে ।

রাজা — করিগী ?

সুরুচি— ঙসি ঙরাং অসি মহারাণী অসি ম্লাঙাং শাজৎ মিৎয়েং অমা তৌই ।

রাজা — নংনা ভাব ফজত্তুনা পংখল খল্লবনি করি নত্তবদা, য়েংউ ঐ চাগে ।

সুরুচি— নত্তে মহারাজ অতোপ্পা লুক অমা থেঙ্গৎচরুখিপে লুক অদুদি হাবিরম্নু ; য়েংবিয়ু করি করিনো তারিবসে ?

রাজা — হাঃ হাঃ রাণী নহাক অসি য়াম্না চিংনগল্লিদা !

সুরুচি— ননাই ঐনা হঙ্গৎচবা অসি থাজবিদ্রগসু অমুক্তং চাংয়েংবীয়ু লেংথোকসি ।

রাজা — কৈ নংনা চিংনরিবা অসিতদি কোকহল্লগে । (রাণীনা চাক পুথম পাইদুনা রাজানু থোকখিবা, গজেন্দ্র থোরক্তুনা অতোপ্পা

নাকলদা চেনখিবা রাজা মন্নুংদা) "ওঃ হু—এবা চানবা চাক্কম হু য়'ল্লবা বিষ্ণু বিষ্ণু" (চংলকপা)

রাজা — মী হাৎপী সুনীতি ! হু হাপ্তুনা ঐবু পীজগে হোৎনবা।

সুরুচি— মহৌশানা মনিতক্বী মুপীগী ওইথোক্কবা করিস্ত লৈতে ! ঐ তপেংনা খংই ; মুপী হায়বা অাং অসিনা মুংঙাইতবগী লম্মল খুমনিংবদি শিরমদাই ফাওবস্তু থাদোকপা ঙমদে।

রাজা — সুনীতি ! সুনীতি ! মশাগী ওইজবা রাখলনা মমখিত্থনা অসুক য়াম্না তমথীবা লমচৎ অসি চৎলবা উঃ কোক অসি চিংখাইখিগদৌরে।

সুরুচি— হুম ঙম্ু ঙম্মীমে—মহারাজগী হানবা লুক্কা হু হাম্না।

রাজা — হাঃ হাঃ মুপী—মুপী ! চিনবান্দা খোইহি পুক্কিংদা হু পীজত্থনা হাৎকে হোৎনবদা করিমত্তা তুক্কুংখিত্রবা অসিরা মুপী নংগী পতিব্রত্য ধর্ম্ম !

সুরুচি —তপথবিয়ু মহারাজ। ইমা ইবেমা মঙ্গল চণ্ডিগী কৃপাদগী মহারাজগী খুদোংথীবা থোকহোত্রে হৌজিক মনাই মুপীনা হুংগত্থনিংবদি, অাইবক থীবি ঐ লাকপদগী মহারাণীগী লমচৎ য়োংখ্রবনি অত্থনা ঐবু ইমা ইপাসী মনাক্তা থীনবীরো অদু ওইরবদি মহারাণীনা শাওবা কথিগনি রাখোক অমত্তা থোকলরোই।

রাজা — দেবী সুরুচি ! ঙসি নংগী নরৌশিংদগী ঐগী থরাই কল্লে, কয়াদা ঙকখ্রবনো মুপী অমনা দয়াময়া স্নেহগী প্রতিমূর্ত্তি অত্থ-গা নত্তে রাণী নত্তে, ঐ নিংথৌনি, নিংথৌদি অচুম্বত্তা চৎকদবনি,

সুনীতি রাজ বিদ্রোহীনি রাজ বিদ্রোহীগী মতিক চাবা শাস্তিদি মথরাই হাৎপা।

সুরুচি— নত্তে মহারাজ! হাৎপীগনু হাৎপগী মহুৎতা শুরুবা উমংদা তানখোকপীয়, ফম্নবনু কত্রবনু মহাক লৈবাকী মহারাণীনি—ঐগী ইচেমনি।

রাজা — নত্তে রাণী ঐ হৌজিক কনানসু হায়জবা তাররোই, লাইরবা প্রজা অমনা মরাল অসি লাল্লবদি ঐনা নিংথৌনি হায়দুনা মহাকপু কল্লমলোই; অদুনা ঐনা মাবু রাম্না তমথীনা হাৎকনি। মীহাৎ অদু হেক উবদা জগৎপুম্বনা কিবনা থক থক নিকুবা!

সুরুচি— (খুরমদুনা) নত্তে মহারাজ! মুপী হাৎপীগনু মাদুগী মহুৎতা পীনশিয় বন্দা ভানথোকপা দণ্ডগী নয়াথং'দু!

রাজা — নংনা ঐগী থরাই কল্লকলবনি, অদুগী মথক্তা নংনা হায়বা পুম্নমক য়াগনি হায়খ্রে! নংনা হায়বা মতুংইন্না থবক তৌগনি; কনা লৈ?

(ঝংকারিনী চংলকপা)

ঝংকা — মহারাজ স্না য়াথং—

রাজা — নরেন্দ্র সিংহ — (ঝংকা চৎখিব) কয়াদা ওকথ্রবা সুনীতি মক্তা মপুরোইবা হাৎনবা হোৎনবা শুমলবা সংসার অসিদা ওইবা য়াদবা করি অমুক লৈরি মুপী! মুপী! মুপীবু থাজবা—হাঃ হাঃ হাঃ!

সুরুচি— নত্তে মহারাজ মুপী খুদিংমক লমচৎ নাইদবী নত্তে।

রাজা — সুনীতি অসি মুপী নত্রবরা রাণী? (নরেন্দ্র চংলকপা)

নরেন্দ্র— মহারজ! (খুরম্বা)

রাজা — সেনাপতি নরেন্দ্রসিংহ! ঐগী য়াথং ভাক্কদবনি রা অমত্তা ভাংদনা ঐনা হায়বা ইনগদবনি।

নরেন্দ্র— স্না যাথং ইকোক থক্তা হাপচরি থরাই থারবা ফাওবা স্না যাথং ভাকচবনা পুন্সিগী ব্রতনি।

রাজা — অতুদি তাও! রাণী সুনীতিগী দণ্ড মহাকপু শুকলবা শাংকৈনা থল্লবা বন্দা থাদোক্কদবনি।

নরেন্দ্র —মহারাজ!

রাজা — নরেন্দ্র সিংহ মসি ঐগী য়াথংনি—।

নবেন্দ্র —আর্য্য! ননাইবু ভাকপীয়ু ঐগী ইমানা স্না চরন্দা করম্বা লংজবা লৈরহুনা বজ্রগা মান্নরবা নয়াথং দণ্ড অসি পিনবিরিবনো?

রাজা — হিংচাবী অহু রাজা বিদ্রোহীনি!

রাজা— চৎলো রাজ চক্রবর্ত্তীগী য়াথংনি, য়াথং পাংথোক্কদবনা সেনাপতি নরেন্দ্রসিংহনি।

নরেন্দ্র —পংখ্রো নাকোং! ঐগী ইমাবু রাজবিদ্রোহী!

রাজা — কয়া চাওবা মরালনো থংব্রা? ঐনা চানবা চাক্তা হু রাম্দুনা ঐ হাৎকে থোৌরাংলম্মীবনি।

নরেন্দ্র —রাজশ্বের! ইপা ইবুংঙো! পংলবা করিসু থংজত্রবা নচানি ভাকপীয়ু ননাইগী আপরাধ মৈনা উনগুম'ইংবা, থাগী মডালনা

মুমিৎকুম্না শাবা, জগৎকী ওইব য়াত্রবা পুন্নমক ওইরকপা য়াই ; অদুবু আর্য্য—মুপীরক্তগী অথোইবী সত্য ধর্ম্মগী মশক ওইরবী ইমানা অমুক তুক্কচরবা থবক অসি কদৌঙৈদম্ব তৌরমলোই কনাগুম্বা লমচৎ নাইদবা হিংচাবগী খুজিল ওইবমগনি মা বুদ্ধি তৌবিখো।

রাজা — নরেন্দ্রসিংহ ! নহাক চৎলো অমুক থিল্লগনু ঐনা অমুক কুইবসি চন্দন পাম্বীনি খন্দুনা পোত্থাক্করে হু পাম্বী অমগী মথাদা। (সুনীতি চংলকপা)

সুনীতি— সুরুচি মহারাজ লুক হারব্রা ? করিনো মহারাজ শাওবনা নযন অনি অসি ঙাংলে, করি তৌরবগে ?

রাজা — নরেন্দ্র থুনমক পাপীনি অসিবু ঐগী মাংদগী পুথোক্খ্রো।

সুনীতি— কনাবু পাপীনি—কনাবু শাওবিরিবনো ? মহারাজ !

রাজা — নংনা হু য়ানশিন্দুনা ঐগী চানবা চাক্তা ঐবু হাৎকে হায়না হোৎনরম্বা নত্রা ? মপুরোইববু হু পীজহুনা হাৎকে হোৎনবী নংনি ; চৎলো ঙসি মথৈ নংগা ঐগা মরি লৈনত্রবনি !

সুনীতি— ভাগবতী বসুন্ধরে ! চিংখাইবিরকলো ইমা !

নরেন্দ্র — ইমা করিগী কিবিরি ইমা ! মসি নহাক্কী মহা পুরিক্ষানি— ধর্ম্মগী পাঙ্গলনা সংসারসিদা নোংম শোইদনা জয় ওইরগদবা লৈরবনি ইমা নংগী মক্তুবা মিংচৎনা জগৎ শিম্মুং-লগদবনি।

সুনীতি— থৌজাল পীনহৈবী ইমা কাত্যায়নী ! লাইবক থীরবী সুনীতিনা ইমা নংগী চরন্দা করম্বা লংজবা লৈহুনা অসিগুম্বা তমথীরবা চাং যেংবসি নচাগী লাইবক্তা তম্বীরিবনো ? রাজেশ্বর ! অসুক কুইবসি ননাই মুপীনা, স্না চরন্দা লংজরকপা ঙাক্তনি ; ইশাগী ওইজবা, চাওথোকপা পূম্নমক থাদোক্তুনা চরণ সেবা তৌজরক্লবী ননাইনা করিগীদমক্ত', করম্বা যুক্তিগী মথা পোন্দুনা মহারাজনা হানবা লুক্তা হু হাপকদগে ?

সুরুচি — মহারাজগী লুক্তুবু মহারানীনা চল্লকপা নত্রা ? ঐনা হাপ্পনি হায়সি হায়বমু ঐ মহারাজগী থৌগল তৌহুনা লৈরুই ; কনানা হু হাপকনি— !

রাজা — রাণী ঐ হৌজিক কনা অমতগী মরা তানিংদ্রে চৎলু নরেন্দ্র ঐগী য়াথং ঙাকলুরগা হল্লকউ। (রাজা চংখিবা)

সুরুচি — খংদ্রেদা মীশিং অসিনা ঙম্মনখ্রবা অসিদা !

(চংখিবা)

সুনীতি —ভগবান দয়াময় নহাক্তি উবিরিনিকো ইবুংঙো ! পূম্নমক অসি ধর্ম্ম কৌবা ঈশ্বরনা উসমু অহুবু ননাই মুপীনা স্না চরন্দা অসিমতং হঙ্গৎচনিংবনি ননাইবু বন্দা তাম্হোকপীগমু ! অচম্বী মীনাই মুবী অমগুম্না অসিগুম্বা পিক্লবা খাংপোকশং অমদা থম্বীয়ু খাংপোকশংগী থোংজিন্দা লেপ্পুনা য়েংজবদা স্না চরণবু দর্শন ফংজবা ! অসি ফাওবদা ননাইবু চিংনবীরবদি ; নহাক্তী থৌরবা স্না খুৎশু অহুনা ককথৎপীয়ু ঐগী ঙক অসি ; লোমজখ্রগে অরাবা পুন্সি !

নরেন্দ্র — ইমা !

সুনীতি— ইবুংঙো ! ইমাগী লাইবক্তা তমখ্রবনি !

(প্রতিভা চংলকই)

প্রতিভা—তারিবা অসিবু অচুম্বরা ইমা ! নহাকপু কদাইদা চৎকদোরিবনো 'ইমা !

সুনীতি— ইপুরোইবগী য়াথং নংগী নমাদি মরাল লৈরবী শুক্রবা উমংদা তাম্থোকপীরিবনি।

প্রতিভা—শুক্রবা উমংদা ইমা—নহাক্কী করম্বা নরালদগী !

সুনীতি— ঐগী ইরাল মীত্তুইনা পোক্লগা লান্দবা লৈত্রা ! ইমা চৎলুখিগে লান্দ্রবদি ইমা ইচা অমুক উন্নখিসি ! (চৎকে তৌবা)

প্রতিভা—ইমা, নহাক লৈত্রবদি ঐথোইদি কনাগা লৈহৌগনি কনাগী নাক্তা চংজগনি ; ইমা ইপা খংজহৌদ্রবদা নতমবাক্তা চংজফম পীনবীরক্লবা নচাবু কনাদা শিন্নরম্নবগেনে ইমা ; নত্তে ঐশু চৎকনি ইমাগী তুং ইনগনি।

সুনীতি— নত্তে ইমাগী ইবেম্মা নিংথৌগী য়াথং নত্তনা নহাকপু ইমা পুবা ওম্বগী শক্তি লৈখিদরে। করিগী রারী ইবেম্মা অরাবা মতমদা নারায়নবু নিংশিংউ — ইবুংঙো মানা ঙাকপী শেনবীগনি চৎলগে বিদায় পীরো ইমা ইবেম্মা ! (চুপ্প', চৎখি, নরেন্দ্র তুংইন্নখি)

প্রতিভা—ইমা! ইমা !        (রাম্থবা)

ড্রোপ

# অনিশুবা অঙ্ক

## অহানবা উৎপা

### কক্ষ

( গজেন্দ্র যু থকুনা লৈ ঙাওরি ঙাওরি তৌরে)

গজেন্দ্র —প্রতিভা ! প্রতিভা ! অঙকপনি নহাক্কী নশক নহাক্কী য়াঙাং ......সংসারগী ফজবা পূম্নমক অমত্তা ওইনা পুনসিন্দুনা বিধাতানা শেমখ্রবনি স্নাগী প্রতিমাসি শুদ্ধংনবা থম্মোই ঙাল্লরনি ঙসি সনাগী প্রতিমা প্রতিভা ! কদাই ফজবীদো হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রি ! ওঃ ঝংকারিনীনা মমথাক তৌরব্রা ঐঙোন্দা ! হুম্ হৌজিক গজেন্দ্রসিংহদা নমথাক তৌহ্নুনা করি কাম্লগনি। গজেন্দ্রসিংহনা নিংখ্রবা গজেন্দ্রগী আশাবু থুংহন্দবদি স্বর্গগী লাইয়াম ফাওবা মতিক লৈতে।

( প্রতিভা ঝংকা তুংথ-মাংথ চংলকপ')

প্রতিভা —কদাই নরেন্দ্রদি ! ইমাগী পাও য়াম্না তানিংলে ! হিঃ করিনো ঝংকারিনী, মসিদি গজেন্দ্রসিংহগী কানি ! মক্কম অসিদা ঐবু করিগী পুরকইবা ? কদাই নরেন্দ্রদি অশেংবা হায়যু মহাক কদাইদা লৈ ! লাইবক থীরবী ইমাগী পাও য়াম্না তানিংলে চৎসি নরেন্দ্রগী মনাক্তা। (চৎকে তৌই ; ঝংকা চৎখ্রে গজেন্দ্রনা প্রতিভাবু থৎলি)

গজেন্দ্র— নিংথিজরবী নরেন্দ্রনা করি কাম্লগনি ? মতম কুইনা ইথৌ লাংলবা নোংইম্না মপুং ফারবা থাজ উরগা, থেক্লা থেক্লা

জগোই শাজবগুম, নিংখিজরবী ! নংগী ফুগাইনা শাৎলবা থম্বালবু ওমজবা মাইথোং অহু উবদা, প্রেম ইখৌ লাংলবা গজেন্দ্রগী থম্মোইনা পান্দমফম লৈতনা মকা লাম্মে তাকপীয়ু ননাইগী মফমদা করিন য়াথং— !

প্রতিভা—লম্বী থাদোকউ সেনাপতি— !

গজেন্দ্র— নিংখিজরবী, অমুক থোৎ নৌরবী নহাক্কী থম্মোইদা অহুক হুংশি হৈতবা য়াখল, উজদবদা মিৎকুপ অমতং খল্লিবনি— যুগ কয়া হৌখ্রে হায়না ! চান্নথোইরবী ওসি ঐগী পুন্সি মপুং ফাহনবীরো — ইংহনবীরো চাকলবা ঐগী থম্মোই থিকপীহনা প্রেমামৃত। ( ফাগে চংশিনবা )

প্রতিভা—লমচৎ নাইত্রবা মূর্খ ঐগী ইশা শোকন্নু লৈবাক অসিগী সেনাপতিনা অমুক তোনবা লমচৎ।

গজেন্দ্র— পুক্কিং হুনা নিংথীজরবী ! করিগী অহুক থম্মোই কনবগে ? ওইজরবদি নহাক অসি ঐগী, পামজত্রে সেনাপতিগী ফম্ ! পামজত্রে ইকাই-খুম্নবা ! নংনা ঐগী লাইনিংনি। মংনি থুংহনবীরো নংনা ঐগী নিজবা অসি।

প্রতিভা—চেকশল্লু ইকাই খংত্রবা শা — শোল্লবা মুপীগী সতীত্ববু শান্নপোৎনি খনত্রা ? খংউ অসিগুম্বা নংগী তমথীরবা অত্যাচার অসিগী মহৈ থীন্দনা ফংলগদবনি।

গজেন্দ্র— মুপীমচাগী অশাওবা উরগা গজেন্দ্রনা নিংহল্লগনি থল্লুগন্নু ! নিংথীনা ফজনা হায়রিবৈ অসিদা ঐনা হায়বা ইল্লু অহু

নত্রবদি

খংউ—কা অসি ঐগীনি। অকোইবসি ঐগী মী মক্তনি !
করি কান্নগনি প্রতিভা ! অকন-আন্নং শিংনহনা।

(চংশনবা)

প্রতিভা—করি ? নংনা ঐবু নুপী মচানী হায়হনা অহক উশিত্তবা !

গজেন্দ্র— নুপী ! অমুম অমুম ন্না'খৎলক্তুনা কোকথক কাখৎলক্কদো—
রেহায়য়ু নহাক ঐনা হায়বা ইনগত্রা ইল্লোইদ্রা ?

প্রতিভা—নংগুম্বা লমচৎ নাইদবা শাবু মীনি থন্নবা ঐগী ন্ন খল
লৈতে !

গজেন্দ্র —অহক চাওথোকপা পাওখুম্—ওক্তবা নুপী ! ভাকউ নংগী
সনমান অহ। গজেন্দ্রনা মখুৎ পাইখ্রে প্রতিভা নাম্বো-
ক্কবা হোৎনৈ মখোংনা কাওই গজেন্দ্র লোংনা তুই ;
প্রতিভা চেনগে তৌই। গজেন্দ্রনা তুংবুন্ননা ফাখ্রে !
ইন্নুখ্রে।) খংত্রা নুপী গজেন্দ্রসিংহবু খংত্রা ?
( তাঞ্জাসিদা নরেন্দ্র চংলকই মওশম পাইহনা ইনখ্রে, গজেন্দ্র
লোংনা তাই )

নরেন্দ্র— ন্নাক্তরগনু প্রতিভা ঐ লাকলে !

প্রতিভা—নরেন্দ্র ! ( গজেন্দ্র হৌগৎলকই )

নরেন্দ্র— ( থাংশৎতুনা ) হাজং চাবা শা ! মহৃদগী খোংফম অমতং
লেংবদা নথন্নাই মাংগদবনি।

( নরেন্দ্র প্রতিভা চংখি )

# অনিশুবা অঙ্ক

## ২শুবা উৎপা

### বণ পথ

( নারদ ঈশৈ শক্তুনা চংলকই )

### ঈশৈ

ভগবান ! লোকবিহারী —
খুরমজৈ প্রভু ভব কাণ্ডারী
শঙ্খ চক্রগদা পদ্মধারী
পীনবীর্য্য মূর্ত্তি কমলাপতি ॥
বৈকুণ্ঠ নাথ সৃষ্টিবু শেম্বিবা
পিনৌ তিঞ্জবা নখোং থম্বাক্লদা
মন্দাকিনীনা থৌগল্লবা নংগী চরণ
ননাইগী সাধননি ননাইগী ভজন
পাপকী মৈনা চাকলবা তাইবংনি
ভাইজরী প্রভু থৌজাল লাইজ ॥

( গণকী ফীজেৎ শেৎপা নারায়ন ঈশৈ লোইদ্রিবৈভদা চংলকই )

গণক — নারায়ণ ! নারায়ণ ! (নারদ মুন্না য়েংই)

নারদ — (খুরম্বা) নারায়ণ ইবুংঙো, ঙসিগী ফিজেৎ অসিনা করম্বা অনৌবা মওংগী লীলানো ? করম্বা ভক্তবু লানবীগদৌরিবগে ! নহাক্না ফনা য়াম্না ফিজেৎ লোৎতুনম্ব নহাক্তবু নিংজরীবা নহাক্তবু শোঞ্জরীবা ননাই নারদকী মফমদা ফিজেৎ ওম্থোক্তুনা লোৎপদি ওইথোক্তবনি ।

গণক — নারদ নহাক খংজ্রিবরা ? সতী সাধ্বী উত্তানপাদ মহিমি স্থনীতিগী মহা পরীক্ষা !

নারদ — নারায়ণ নহাক্কী থৌজালদগী নহাক্কী লীলাদা ননাই নারদনা থংদবা করি লৈরি জগৎ অসিদা অহুবু নারায়ণ অস্থুক য়াম্না কল্লবা পরীক্ষা অসি ননাই নারদতী য়েংবা ওমজদ্রে !

গণক — নারদ, স্থনীতিগী পরীক্ষা অসিনা নংগী থম্মোইদা অৱাবা পোকলবা ! ঐ অসি মুংশি থংদ্রবা হাঃ হাঃ নারদ স্থনীতি সতীনি খংউ নারদ সতী ওইবী মুপীদি ঐগী সখীনি।

নারদ — অহুবু নারায়ণ !

গণক — উপাই করিনো নারদ — জীব শিংনা পোক্ত্রিভৈগী মমাংদা তৌজখিব· কর্ম্মগী ফলগা লোইননা পৃথিবী অসিদা লাকই। স্থনীতিগী কর্ম্ম ফলনা মানা অৱাবা ফংজবতনি মাহূ ককথৎপগী পাঙ্গল ঐগী লৈতেন নারদ !

নারদ — মাহুগী মরমস্থ নহাক্কি ইবুংঙো ! নহাক্কবু নিংজরিবা নহাক্কবু শোঞ্জরিবা ভক্তশিংগী অৱাবা উরগা নহাক্কা পেনবিরি। মসিবু নহাক্কী করম্বা লৌনমনো জনার্দ্দন ! করম্বা মওংগী পরীক্ষানো ?

গণক — লৌনম নত্তে নারদ ! ঐদি ভক্তগী মখা পোনবনি ভক্ততনা ঐগী পারীক্ষাগী ছাত্রনি ভক্ততনা ঐগী নরিনী ;

নারদ — লানজদবীগী কোথক্তা মিংচৎ থিবগী বজ্র থাদহুনা উমংদা তানথোকপা ; অস্থুক অৱাবা পীবিরিবা অসিবু খনবীয়ু ইবুংঙো ! অসিবু মুংশি হৈবগী থবকলা

গণক — অরাবা কংগ্রবদি মীওইবনা ঐগা মরি লৈননিংগ্রে ; ঐবু নিংদে! সুনীতি লাইবক কবী সুপীনি মাগী অরাবসি কুই-রোই! ভক্ত ধ্রুব পোকদবা কুইগ্রে ; মতাং অসিদা সতীনা উমংদা লৈদ্রুনা অরাবা কংলবদি ঐবু ভত্তনা কোগনি! অদুগা সুনীতিনা ভত্তনা কোবা অদুদা মাগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাংদুসু হরিভক্ত অমা ওইগনি!

নারদ — দয়াময়! অঙকপনি নংগী লীলাসি।

গণক — চৎসি নারদ ঐগী থবক য়াম্না রাৎলি।

নারদ — লেংবিয়ু নারায়ন শ্রীচরণ থৌগল তৌজগে॥

(অনীমক চৎখি)

---

# অনিশুবা অঙ্ক

## ওশুবা উৎপা

### কক্ষ

( রাজ উত্তানপাদ য়াম্না রাথল তৌরম্মা )

রাজা — অরাবনি নিংথৌ ওইবা, অরাবনি রাজসিংহাসন, অরাবনি রাজভোগ! পামগ্রে রাজ্য, পামগ্রে ঈশ্বর্য্য কনানা থংলিগদগে নিংথৌগী অরাবা অসিবু কনাগুম্বা লাইরবা প্রজা অমত্তনসু ঐগুম্না রারমলোই, কনা লৈ রারবা মতম অসিদা ঐবু পোথাহনবা ঙম্বা ঐগী মরুপ! সুনীতি! সুনীতি! জান

লৈরবী — ওঃ মত্তে মহাক চৎখ্রে তানথোকখ্রে ঐবু হাৎকে থোরাংভম্মী হায়ছনা ; ঐগী সুনীতিনা ঐবু হাৎনবা থোরাং— তত্তনা লাওরি ঐগী শোল্লবা পুক্লিং অসিনা লৈতে করিমত্তা সুনীতিগী মরাল ; ওইগনি শোয়দনা সুরুচিগী ষড় যন্ত্র— ; ওঃ রাশকপা, রাশকপা হাঃ হাঃ করি তৌগনি ; থুক্কাৎখ্রে থম্মোই রাখলগী ইথক্লা ; চাকলে পোথাফম খংদনা লৈত্রে সুখ শান্তি। সুনীতি ! রাণী সুনীতিনা ওইরম্মী নোংমা ঐগী হৃকচাং তংখাই খংলম্মী মাবু য়াম্না নিংথিনা, চৎখ্রে, মাংখ্রে তাম্মোকখ্রে, শুকলবা উমংদা, কুপখ্রে মায়াগী লাংনা উরুদ্রে অশাওবা মাইকৈ ! অত্তবু হায়রি থম্মোইনা তত্তনা সুনীতি পতিব্রতানি ! ইকাইবা পীখ্রে মাবু মরাল লৈত্তনা ! নিংথৌগী য়াথং—নিংথৌগী য়াথং—নুপীগী রাদা ইন্দুনা মাং- তুং অফ-ফত্তা রাখল তৌদনা পীখ্রে থম্মোই কাইরবা দণ্ড—সুরুচি ! সুরুচি ! য়াওদে মাগী থম্মোইদা মমা ওইবীগী নুপী ওইবীগী থম্মোই ; পোথাফম কদাইদনো কদায়দাগী শান্তি কনা লৈ ? (মন্ত্রী চংলকপা)

মন্ত্রী — সনা য়াথং !

রাজা — সভাগায়ক (মন্ত্রি চৎথিবা) য়েংগে ভম্বরা ইথহনবা ঐগী থম্মোই। (সভা গায়ক চংলকুনা ঈশৈ )

ঈশৈ

লেংঙকলো প্রভু তোল্লবগী মপু
কৈদনো হরি থম্মোইগী মণি !
প্রেম ভক্তি লৈত্রবা সংসার

লাইজ ফংপ্রবা কংলবা মরুনি !
খিকথরো নংগী থৌজাল লাইজা
লুপহনবীরো জীব নামামৃতদা ॥
অয়ানবগী অত্যাচার মীনম্বগী রাজত্ব
খাংবা ঙমদ্রে প্রভু অশোনবা জীবদি।
হিকলবা থোম্মাংনা কৌজরি হরি—
লেংবিরকলো প্রভু তৌল্লবগী মপু ॥

রাজা — নত্তে ! নত্তে ! ঙমদ্রে ইংহনবা ঐগী থম্মোই অসি চৎলো পোত্থাজরুরো ! (চৎখিবা) ঐ য়াম্না লানখ্রে মন্ত্রি লাপ্পদবী সুনীতিবু ঐনা বন্দা তানথোকখ্রে, চাকলে থম্মোই তুম্বা হিপ্পা চাবা থকপা মতম পুন্নমক্তা মৈরি থোক্লা চাকলে তমথীরবা নিংঙমদবা ৱাথলগী মৈনা থম্মোইসিদা ! অকিবা ফংলে তমথীনা মোংফমগুম্ ইংলম্বী রাজ পুরী, তারে নাকোং-সিদা থাপ্পা খাক্লা নোকপা মীনোক থোঞ্জেল ; চৎসি চৎসি মন্ত্রি ! য়েংউগে চত্তুনা কোইনা বন বন খুদিং নিংথিজরবী প্রকৃতিগী শকলোন য়েংগে ঙম্বু ইংহনবা থম্মোইগী মৈচাক !

---

# অনিশুবা অঙ্ক

## ৪শুবা উৎপা

### গগুক বনগী লম্বী

(অমম্বা অহিংনি নোংমুংশিংনা মাইকৈ থংত্রে নরেন্দ্র লাম্বী মংালচুনা চংলকই)

নরেন্দ্র — কয়াদা মমথ্রবা অহিংনো প্রলয়গী নোংমুংশিংনা সৃষ্টি অসি মাংহনগদৌরিব্রা ? মথৌশা লাইরেম্বী ঙসি অঙাওবীগী শকতম লৌখ্রে কুংলবা নোংগী মরক্তা নোংথাংনা মরক মরক্তা থাকলি ; অকনবা মুংশিংনা উ-ম্না কয়া মরু য়াওনা ফুকলি—। শাকৈনা কিবনা শুকলবা লোকচুং তম্না চেন-শিনখ্রে ! (লাম্মী অমা চংলকই)

লাম্মী — ইস কয়াদা তমথীরবা অহিংনো, নোংমুংশিংনা কনমন-থিবনা শিগদৌরে স্বর হোনবা থোকত্রে। কদোমদা চংলগা থম্লাই হিংগনি ; নিংথম্বনম্ হকচাং অসি চুম্না লেপ্পা ঙমত্রে থক থক নিকলকলে ! মহারাজনা কদোমদা লেংখ্রবা ! ইস— ফত্তবা থেমকমদা মৃগয়া শাকলমাত্রে।

নরেন্দ্র —কনানো— নং কনানো ?

লাম্মী — কনানো মহাশয় ঐ মহারাজ উত্তান পাদগী হকচাং শেনবনি।

নরেন্দ্র —মহারাজগী হকচাং শেনবা, অদুদি মহারাজ কদোমদা লেংখ্রে থংব্রা ? ঐ সেনাপতি নরেন্দ্রনি।

লাম্মী — ও সেনাপতি মহাশয় খুরমজরি ননাই ঐ মাইকৈ থংহৌত্রে মহারাজগী সনা থৌগল অমুম ভৌরকপদা ঐনা ভোংবা

শগোল অহু নোং থাকপদা খংহুনা ঐবু থাদরমলগা চেনখ্রে— ! মহারাজস্থ শগোলনা পুখুনা লেংখ্রে, মাইকৈ খংব্রে— !

নরেন্দ্র — ঐদি খ্বাইগী মাং থাহুনা লময়ান্দুনা লাকপনি মহারাজ থীদবা য়াদ্রি !

লাম্মী — সেনাপতি মহাশয় ! ননাই ঐদি নিংথম্বনা খোং থাংবা থোকত্রে থাপ্রুক্লা ইশ্বরক্কে লেংবিয়ু !

নরেন্দ্র — নং মফম অসিদা লৈহৌরবদি হিংকম লৈত্রে, লাও ঐগী ভুং ইল্লকউ !

লাম্মী — ওঃ সেনাপতি ! নিংথম্বনদি শিবা ডুমলোই কৈনা চাগদবগী শরুকপুদি নিংথম নিংথম্না ভুং ইশ্বরগে ! ইঃ শিরে—শিরে সেনাপতি— ।

নরেন্দ্র — (থাংশংলি) করিনো !

লাম্মী — আভু—কৈ—কৈ !

নরেন্দ্র — মুংশিংনা উনা লেংবনি ।

লাম্মী — হিংঙে—হিংঙে ইমাই পেম্মা য়ুমদদি য়ৌহনবীয়ুকো ভগবান !

(নরেন্দ্র লাম্মী চংখিবা)



# অনিশুবা অঙ্ক

## ৫শুবা উৎপা

### সুনীতিগী কুটির

(থাংপোক ময়াদা পূজা তৌরম্মী)

সুনীতি—কয়াদা অকিবা ফংলবা অহিংনো ? ইমা জগদম্বিকা ! মহা প্রলয় থোকহনবীগদৌরব্রা ? ইমা ! ঙাকপীয়ু ইমা ! লেপ-হনবীয়ো প্রলয় অসি !

(স্তব)

অর্পনা অপরাজিতে অন্নদা অম্বিকা ! করিনো ? থম্মোই অসি তনিক তনিকই, ইমাগী পূজাদা পুক্নিং চংবা ঙমদ্রে ; থম্মোইনুংদা দেবীগী মূর্তি লোৎথরে, ফাওরকল্লে স্বামীগী চরণ ঙাকপীয়ু তোল্লবীবু মরোন অদুমবু লানথীরিবা ইমা ! দাক্ষায়নী মনাইগী ইরাল ঙাকপীয়ু—করিনো ঐগী মিৎ অসিদা উরিবা অসিবো ? মহারাজ ! হুম করিনো ঐ ঙাও-রব্রা ? কদাই ঐনা লৈরিবসি কদাইদনো ? ইমা কত্যায়নি ! করিগী পুক্নিং অসি অসুক লাংহনবীরিবনো ? মুঙাই য়াইফা পুম্নমক্তি মতম কুইনগীদমক থাদোকচরম্লবনি। অছুগা অমুক তোল্লবী নচামুপীদা হৌথ্রবা মতমগী নিংশিংবা পোকহনবীদুনা চুবিন্নিব্রা থাংঙমদ্রবা অরাবগী ৈম অছু ! অমুক নিংজরগনি

পুক্রিং লোংদনা নংগী চরণবু ক্যাপ্রবিরকও ইমা! ঐগী থম্মোইদা! (মিৎ উইশিনবা) য়াম্রে থম্মোই লেবতাগী মূর্তিদা উদুনা লৈরে, ইবুংঙো নহাক্না ননাই মুপীবু থরাইদগী হেন্না মুংশিবিবনি ওসি পীনবিরিবা অসিনা করম্বা দর্শপনো, ইবুংঙো ননাই মুপীনা চরণ সেবা ফংজদরা থা কম্না হোৎখ্রে; কপ্পতনা পোথাজরবী ননাই মুপীবু করিগুম্বা মুমিত্তা নিংশিং-বিবরা?

(যশোদা ঐ ভৈরবা নরেন্দ্র চংলকপা)

নরেন্দ্র —ইমা! ইমা! মহারাজ বন অসিদা মৃগয়া লেংলকখি। মহারাজ থীরকপদা লম্মেজন কৈ অমগা লাকনবদা হকচাং অসি ইহং নাইহং শাখ্রে—উঃ মৈতাক অসি থাংবা ওমত্রে ভগবান! নহাক্না ঙাকপীয় মহারাজ উত্তানপাদবু!

সুনীতি —নরেন্দ্র! অসুক থীনা শোকলবা! হকচাং পুম্নমক্কা ঙীনা অতৎপা লৈতনা শিন্দুরে করি উপাই ওগনি! নারায়ণ শক্তি পীনবিয়ু! শাগৈ নাত্তৈ পুম্নমক্কা থাদোকলবী পাপ চেল্লবী ঐনি, সংসারদা ঐগীনি হায়রবা কনা লৈজদ্রবী ঐনি, ঐগী অমতা ঙাইজরবা থম্মোইগী মণি ইচাবু অমুক হুদুনা পুবিরগেরা?

নরেন্দ্র —ইমা! ইমা! ক্রা ঙাংবা অমুক ওমশিন্নকরে থাংবা ওমত্রগে!

সুনীতি —ইবুংঙো! ইমাগী ইবুংঙো! ইমা কত্যায়নী ইচাগী! মঙ্গাইদবি কনবিয়ু ইবুংঙো ইমা কোরগে ইমুংদা চংলসি।

(নরেন্দ্রবু থোৎনা পুশিনখিবা)

রাজা — (মনুংদা) অনকপদা উনাগী থাংপোক মনুংদা পিক্লবা মৈরী অমা উরে, করিনো ? শুক্লবা উমং অসিদা কনাগী মৈরিনো—
(সুনীতি থোরকপা)

সুনীতি —করিনো ! কনাগী খোঞ্জেলনো। (রাজা ঈ তৈরক্লনা চংলকলগা তুরবা) মহারাজ ! মহারাজ ! (কোনখৎপা)

রাজা — কনানো ! নং কনানো ?

সুনীতি —মহারাজ ! ননাই মুপী সুনীতিবু খংবিদ্রব্রা ?

রাজা — সুনীতি ! চায়খোইরবী! ঐবু ভাকউ ঐ লানখরে। মসি ঐগী প্রায়শ্চিতনি। সতী ওইবী মুপীগী মকমদা অরানবা লিচৎ চৎখিবগী পাপকী ফল ফংলরিবনি—

সুনীতি —তপথবীয়ু মহারাজ ! রা ভাংবিথিগনু !

রাজা — নত্তে ! নত্তে রাণী ! ঐগী পুন্সিগী মুমিৎ অসি মকম অসিদা তাখ্রসনু ! ঐদি রাখল লৈত্রবা লমচৎ নাইত্রবা ফংত্রবা চণ্ডালনি ! মপুরোইবনা মথরাই ওইজবী সতীবু রাখল তৌদনা বন্দা তাম্বোকথ্রবনি !

সুনীতি —মহারাজ ! ননাই মুপীনা হায়জবসি তাবিয়ু।

রাজা — নত্তে ! নত্তে দেবি! শিব নত্তনা ঐগী শাস্তি লৈরোইদবনি—

সুনীতি —খুদোংথীরবা নোংমুংশিৎ লোইত্রিবা কাওবতং লাইরবীগী থাংপোকশং অসিদা পোথাবিথো নথোং থম্বালদা পূজা কৎচখিগে নথোং থম্বাল উজবদা ভসি, ঐগী অরাবা পুন্নমক

কোরম্বো ! নরেন্দ্রনা লম্না থৌপাল ইরাকপদা লাখিনা শোক্তুনা অমন য়াওনা নাংগোক মহুৎতা থৌদি।

রাজা — উঃ ভগবান ! ঐগী ইপান্থৌ অমসিনা মত্তনা ইচা শকপবা নরেন্দ্রনা হৌদি মৃত্যু কনব্যনা ?

সুনীতি —লাংভক্ষিথিগনু মহারাজ !

রাজা — নরেন্দ্র ! ইপাগী নরেন্দ্র !

(থাঙ্গপাক্লশংগী থোংদা চুমা)

ড্রোপ

# অহুমশুবা অঙ্ক

## ১বা ঊৎপা

### রাজ অন্তপুর

( নিংথনা লেম-শাম্বা শথ্যাদা সুরুচি কনচুনা লৈ )

সুরুচি —ঐ হৌজিক করি রাগনি, ইচা নিপা অমা লৈরে, শকচুদা ঐগী ইচাদি কমদৌনি ; খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকই হায়রম্লনা মধিংনু ঊত্তম কৌরিকনি। হৌজিক কমান্থু লৈতে ; ঐগী ইচাগী মককগী রাজসিংহাসন মুমলদবা, মহারাজ হায়রম মহারাণী সুনীতিগী বাকলনা, ইলবাক নরেন্দা পুক্লিং চংত্রে, হাঃ কৈদৌজরনি, ঐনা কত্রম থম লৈহনখিগে হায়রম্লনা

খন্নীবনি— মিংঙকপা। সুমিৎভা রাজ-রাণী, নরেন্দ্র মমিং ফাওবা তাবা ফংলোইদবনি ; ইচা উত্তমনা চহি তরাতরুক শুবা ফাওবদং ঙেংবিথিগে—অদুদগী ইচাবু নিংথৌরেন ওইহনগা সেনাপতি গজেন্দ্রবু যুবরাজ ওইহন্দুনা ইনিং তৌনা পানগনি। মতম অদুদা সিংহাসনদা য়েরুু-তিংথং ওইরগদবা জীব অমা ফাওবা রাজ্য আসদা থমলোই। (ঝংকারিনী চংলকপা)

ঝংকা — রাণীমা ! রা অমা তারবরা ? ইস ইমাইপেম্মা ঙশ্মিদকো নিপা হায়বসে।

সুরুচি — কনানা করি ঙমলবগে ঝংকারিনী ?

ঝংকা — ইমাদি কুমার উত্তমগী থন্দুনা সুমিৎ চুপ্পা ঈ-পাও অমত্তা তাদমথৈ লৈ ! উত্তমদি ঐখোয়দগীনি, মহারাজাদি করিসু থনবিবা নত্তেয়ে—তারব্রা সুনীতিগী মচা মুপা ধ্রুব হায়বা অমা লৈরেনে।

সুরুচি —ঝংকারিনী !

ঝংকা — মহারাজনা মৃগয়া লেংবনি হায়বহু মৃগয়া চৎপা নংলম-ত্রেনে— সুনীতিগী খাংপোকশংদা অনৌবা কোন্নুং অমা শেমহুনা লৈরুরবনিনে— ইস তুকচৈ—তুকচৈ, হাঃ হাৎকে হায়হুনা থৌরাংঙৰী ভোল্লবী হিংচাবী অহুরু মুংশিরকলহুনা চৎজুরিবনিনে—কয়াদা ঙকপ্রবনো হায়বা !

সুরুচি —সুনীতিগী মচানিপা অমা পোক্লবা ! পাও অসি কনানা তারকই ঝংকারিনী !

ঝংকা — ইনামরা ভায়রলবনিনে রাণীমা ! নরেন্দ্র, প্রতিভা, মহারাজ কা অমদা চিক্না রা ভায়হোই, অহুদা ঐনা ভাক্কপনি ইমা মসে শোইত্রবা রানি। প্রতিভাদি চৎপু চৎকনি হায়না মহারাজদা হঙৎহোই ; অরেবনিমে ইমা প্রতিভা অসি মহারাণীগী মচানুপীনিনে—মহারাজনসু চাল্লিদো—মানা তরু-বদগী মৃগয়া চৎশিন্নবনিনে ! প্রতিভা অসি হেক ... ... ।

সুরুচি— খংঙে—কনা লৈ ? ( পরিচারিকা চংলকপা ) সেনাপতি গজেন্দ্র ! ( পরিচা চৎখি ) উঃ কোক অসি লৈখ্রে—কয়াদা চাকখ্রবা রানো ? সুনীতিবু লৌনম তোক্নুনা উমংদা থারে, শুক্রবা উমংগী শা-কৈনা চাহুনা শিরসনু হায়বসু শিবিত্রে ! শিবগী মহুৎতা মচা নিপা অমা পোক্নুনা অনিশুবা কোম্নুং শেমহুনা পানখ্রবরা ? ফুক্তোকপা ঙমদবা ভারবরা তিংথং পাম্বী অসিবু ! ( গজেন্দ্র চংলকই )

গজেন্দ্র— রাণীমা— !

সুরুচি — সেনাপতি ! ঝংকারিনী নং চৎলু, মহারাজ কোরু—পাও ভারত্রা সেনাপতি। ( ঝংকা চৎখিবা )

গজেন্দ্র— করি পাও ওইরবনো ?

সুরুচি — ও সেনাপতি ! ঐনা অসুক য়াম্না আশা চাওনা লৈবসিদি অরেবদা ভারেদনা—অহুক য়াম্না চেকশিন্দবা রাখল লৈত্তবনা করম্না লৈপাক অসি পুগদোরিবনো মহাকপো ?

গজেন্দ্র— রাণীমা !

সুরুচি— য়াম্না ফরে, নরেন্দ্র প্রতিভা মখোয় অনিস্থ চৎকনি হায়বনি ঙমলবদি মহারাজস্ত থারক্কে। চেকশিল্লু সেনাপতি —ওঃ যুবরাজ গজেন্দ্র ! চৎলো মঙ্গল ওইয়ু।

গজেন্দ্র —রাণী মা ! (খুরমলগা চৎখি)

সুরুচি —হন্দক্তি খংগনি পাম্বী মরা য়াওনা ফুক্কোক্কুনা মৈ থারগে অমত্তা খাকলরোই। সুরুচি উত্তমগী লম্বীগী তিংখং অমত্তা থমলরোই (ঝংকরিনী চংলকপা) গজেন্দ্র চৎখ্রে দণ্ডক বন্দা, হিংচাবী অচুগা লোইননা নরেন্দ্র, প্রতিভা, ধ্রুব মথরাই লোবা, চৎলু— গজেন্দ্রগীদমক্তা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরু।

ঝংকা — নরেন্দ্র ! নরেন্দ্র ! (চৎখিবা) (অতোপা মাইকৈদগী রাজা চংলকই)

সুরুচি— অস্তুক য়াম্না ইকাইবা থংদবা থাজনিংঙাই লৈতবা ইকাই হঙ্গোইবা মান মার্য্যাদা পুন্নমক থাদোক্কুনা মৃগয়ানি হায়-শিন্নচুনা সুনীতিগী মনাক্তা চৎলগা অনিশুবা কোনুং শেম্লুবা অস্তুক তুক্কচবা রাজ্য অসিদা লৈচুনা করি কান্নগনি ; হিস্ নিপানি হায়চুনা চৎনিংবতা চৎপা রা ফাওবা কন্না ভাংজদনা লৈজরবী ঐবুনা খুয়াগী উফুল ; রাজ বিদ্রোহীগী মনাক্তা নিংথৌনা চৎপা অসিবু করম্বা রাজনীতিনো ?

রাজা — রাণী !

সুরুচি —রাণী ! রাণী ! মীংগৌ অচুনা করি কান্নগনি— ঐদি মীনাই নুপীনি মীনাই ; ফরে—রাণী অমা ওইবগী অচুম্বা লম্বী চৎচুনা মরাল লৈরবা মীবু দণ্ডপীনবা শিনগনি। হায়বীয়ু

মহারাজ! রাজ বিদ্রোহিগী মনাক্তা থা তরুক লৈরুবগী মতিক চাবা পাওখুম পাম্মী।

রাজা — রাণী ঐবু ঙাকউ—খুদোংথীবা— !

সুরুচি —খুদোংথীবা—ঐ লৈবাক অসিগী রাণীনি। অচুম্বা বিচার তৌগনি কনাবুসু ঙাকপীরোই। লৈবাক প্রজা শুনা তিল্লবা অফোংবা দরবারদা বিচার তৌগনি।

রাজা — রাণী নহাক্কী নপুরোইবনা লাল্লে হায়তুনা মখুৎ লোম্নতুনা হন্না হন্না হায়জরবা ফাওবা নহান্না মাবু ঙাকপীররোইদ্রা! রাণী?

সুরুচি —ঙাকপিবা! ঙাকপিবা! হাঃ হাঃ হাঃ— লোম্নবী মচানা মপাল নাইদ্রবা সমুদ্রনা লৈতেংবা পৃথিবীগী মপু ওইহন্নবা থৌরাংবা। অদুগা সুরুচিগী মচানিপা উত্তমবুনা লম্বীগী চাকনিবা ওইহন্নবা! খুৎ লোম্নতুনা! লাল্লে লাল্লে কন্নারক হন্না লানবা ফাওবদা ঙাকপীবা তারি, ঐ মতু খংনিংই।

রাজা — রাণী ঐবু হৌথিবা ইরাল অসিতা ঙাকপীয়ু ঐ রাশকলবনি সিংহাসন রাজ্য পুম্নমক ইচানুপা কুমার উত্তমগীনি মাঙোন্দগী মুল্লগদবা কনাগীসু মতিক লৈতে!

সুরুচি —হাঃ হাঃ হাঃ—।

---

## অহুম শুবা অঙ্ক

### ২শুবা উৎপা

রাজ পথ

(প্রতিভা ১সুং নরেন্দ্র)

নরেন্দ্র— নহাকসু তারিবা ভচু মঙাই. হঙ্গৎতবা নত্তে—মহারাজনসু য়াদ্রে করম হাযনা চৎকনি— লাম্মী য়াওনা চৎলবদি ফৈ অচুসু নত্তা, লোন্না চৎপা অসিদা নত্তে প্রাতিভা ! হন্দক-মুক্তি নহাক য়াওরনু ; ঐসু চৎতবা কুইরে। অহানবগী অসি ঐ হান্না অমুক্তা চৎলুখিগে। অচুগা ঐনা হেক হল্লকপদা মহারাজদা য়ানবা ঐখোয় অনি চংচুনা হায়জসি অচুগী মথক্তা থরা কুইরবদি রাণী সুরুচি তারগদোবনিনা মহারাজনা ঐখোয়না হায়জবচু শোইদনা তাবিগনি !

প্রতিভা—ইমাগী মশক উদবা চহি অহুম শুরক্কদোরে, মহারাজনা শাওরবসু ঐ ইমাগী মনাক্তা অচুম লৈজখ্রগে। অমুক কোমুংদা হজ্জরকলরোই—ঐসু চৎকনি !

নরেন্দ্র— মহারাজনা শাওবা শাওদবদি অরাইবনি, হৌজিক কোমুং অসি, নংনা খংলিবা অচু মঙাই রাণী সুরুচি, গজেন্দ্র মখোয় অনিনা শুপখ্রে, অসিদা মহারাজনা খজিক্তুং মাই লৈথোকখিবদা ঐখোয় অনিগী খুবাক মুক পাকপা লেপফম লৈতবনিনে। প্রতিভা হুম নত্তেদা ঐ য়াম্না থুনা হল্লক্কে ইমাগী অবস্থা য়েংলুরগা ঐখোয় অনি অমুক চৎসি—।

প্রতিভা— পুবিনিংদ্রবদি করম তৌগনি।

নরেন্দ্র— পুবিনিংদবগী রা নত্তেনে—করিগুম্বা খুদোংথীবা থোক্কদ্রা হাযত্না তৌবনি। হাঃ ঐ চৎলুখিগেকো নংনা খুমদ্রবদি ঐ করম চৎকনি ? সে-নমাইড় হাইগৎলু হুম্ ঐ চৎপা ভম্মোইদোরে প্রতিভা !

প্রতিভা—চৎ—পি—রো;

নরেন্দ্র— ঐ য়াম্না থুনা হল্লক্কেকো ! নং মহারাজগী সনা নাক্তগী চৎথোক্কনু— ঐ চৎলে। (হন্না হন্না য়েংত্নু চৎশি)

প্রতিভা—চৎখ্রে ; ইমা নহাক্কী নু শি চেংলৌ উদবা কুইরেনে নচানা ; নহাকপু করম লৈরিবগেনে অপোকপী ! নংনা নচাবু উদবদা নিংকুপ অমতা লৈবা ভমদবদাই অসুক শাংলবা চহি অহুম অসি করম্না লৈরিবগেনে ইমা ! (সৈনিক চংলকই)

সৈনিক—ইবেম্মা ! সেনাপতি নরেন্দ্রদি— ;

প্রতিভা—(মুন্না য়েংলগা) খংদে—।

সৈনিক —শাওবিগন্নু ভমলবদি বাণী সুনীতি, মজা ইবুংগো ধ্রুব, সেনাপতি মশামক, শিদনবা লম্বী অমা শিলহৌসি হায়জগে তৌবনি।

প্রতিভা—করি রানো হায়রিবত্ন— !

সৈনিক—অচুম্বনি ইবেম্মা ! সেনাপতি গজেন্দ্রগা রাণী সুরুচিগা য়াম্না চেকশন্না কনাম্ব য়াওদনা তাম্নবত্ন ; ঐনা তারকলবনি ; অত্নগা সেনাপতি গজেন্দ্রস্ব লাম্মীগা লোইননা ইচ্ছাপুর চৎকনি হায়ত্না শেম শাবা লোইহৌরে—।

প্রতিভা—অদুদি করম ভৌগনি সেনাপতি নরেন্দ্রদি রাণী সুনীতিগী নাক্তা উমংদা চৎকদি হাম্বুরা চৎখি—করি উপায় তৌগনি।

সৈনিক —অদুদি মাংঙে—কয়া কুইখ্রে !

প্রতিভা—কুইখিদ্রি— ( সৈঃ চৎকে তৌবা ) ভাইখো ঐসু চৎকনি।

সৈনিক— ইবেম্মসু লেংগদ্রা ?

প্রতিভা—চৎকনি ।

সৈমিক— লে'ংলসি।

প্রতিভা—চৎলো— (অনিমক থোকখি অতোপ্পা নাকল্দগী ঝংকারিনী চংলকই)

ঝংকা — নরেন্দ্র ! নরেন্দ্রবু হাৎখ্রবদি ঐনা অসুক য়াম্না হোৎনক্লরিবা অসিদি অরেম্বদা তারে, ঐনা নহাল মখৈ ফাত্তবা রা তাম্নবদা য়'ওক্ল'রিবা অসিদি মাবু হাৎনবদা তাখ্রবা ! মহাক্কী মনাই ওইজগে পুন্সি চুপ্পা মহাক্কী সেবা তৌজগে থৌরাংজবদি, মাংনবা মরম ওইখ্রবা। নত্তে, নত্তে ; ঐনা কনগনি—ঐগী থম্মোইগী নবেন্দ্রবু হাৎপা মতিক নত্তে, ঐনা কনগনি—ঐগী থরাই অসি থাদুনা মাবু কনগনি ( চংখিবা )



# অহুমগুবা মতাং

## অহুমগুবা থৌংপা

### কুটির

( ধীরধি তুমিন্না তপ্না চংলকই )

ধীরধি— ভায় ! তারিব্র ধ্রুব ! ধ্রুব ! (সুনীতি থোরকই ধীর চেনখিবা)

সুনীতি— করিগী চেল্লি ! লাও চেনখিন্নু লাও ! করি হায়বগে ধ্রুব কৌববু ?

ধীর — লাইরিক তম্বা— ( ধ্রুব থোরকপা )

ধ্রুব — ভায় ! ধীরধি শান্নরুসি ইমানা চৈরোইদ, ইমা ! এখোয় শান্নরুগে ।

সুনীতি— লাইরিক তম্বদি চংলরোইব্রা ?

ধ্রুব — ঙসি প্রতিপদনি লাইরিক তমলোই ।

সুনীতি— ফরে ফরে শান্নরুরো, অতুগা থাপ্নদি চংখিন্নুকো ইচাশা !

ধ্রুব — অদুদি ভায় ! ঐ চাক খজিক্কা চাখিগে নং চক্তুনা ময়াম হৌরম্মে !

ধীর — ফরে ভায় কুইরকনুকো ! (ধীর চংখিবা)

ধ্রুব — ইমা ! ঐ চাক খজিক্কা চাখিগে, অতুগা শান্নবা চংলগে !

সুনীতি— ভগবান ! নারায়ণ ! ইবুংঙো নর্নাইগী অন্নাবসি লোইদ্রিব্র ?

ধ্রুব — ইমা ! করিতৌরে তুমিন্না লৈরবদি ?

সুনীতি— ইবুংঙো ! ইমা নংনা শান্নবা হল্লকপদা চাক লোইরমলগে উহৈ খরা লৈবসি চারগা শান্নরুখো ! (মচাবু উহৈ হৈবোং খরা লোহুনা পীবা)

ধ্রুব — অসি চামল্লত্নুমা চানিংদ্রে থোইনা লামদেদা ঐ চাররোই ; অত্নুগা শেৎনবা কি অমতংত্তাদ সীয়ু থাস শেৎপসি ইমাম্ন-থশিংনা য়াম্না লাইমে।

সুনীতি— আসিদু মিংথোগী মচানিকো ! শেপাইবা কি শেৎতুনা উটে চাত্নুনাউনাগী থাংপোকপ'দা লৈরবা—মমাম্নবশিংনা অমোংপা কি শেৎলি হায়ত্নুনা লংবরিবা অসি লৈবাক অসিগী নিংথৌ-রেনগী মচা — !

ধ্রুব — ইমা ! করিগীনো নংনা পংকপ্তা কপলিবা অসিবো ?

সুনীতি— ইমাগী ইবুংঙো ! ইমাদি কদাইদগী কি লৌরুগনি !

ধ্রুব — অত্নুদি ঙাইখো ইমা ! ঐ রা অমা হংগে। ঐগী ইপা লৈত্ররা ? ঙসি ফাওবা ঐনা বাবা হায়না কৌবা ফংদ্রে-বসি করিগীনো ? মহাক কদাইদা লৈ করি লৈবাক্তনো ?

সুনীতি —ভগবান ! দয়াময় ! ইবুংঙো ! নর্নাইবু করি হায়না খুমল-শিগে ?

ধ্রুব — হায়রো ইমা ! লৈত্রবরা হায়বনি ?

সুনীতি —লৈরি ইবুংঙো ! নংবু পোকপা লৈরি।

ধ্রুব — অত্নুদি কনানো ? মহাক লৈরগা ইমাগা ঐগনা অমুক রারিবা অসি করিগীনো ? মহাক কদাইদা লৈ, করি লৈবাক্তনো ?

সুনীতি —লৈবাক অসিগী — ।

ধ্রুব — কনা ?

সুনীতি— মহারাজ — ।

ধ্রুব — করি হায়বা ইমা, লৈবাক অসিগী মহারাজনা ঐগী ইপা! অদুদি করিগীনো ইমা! ঐখোয়না অসুক নানা উমংদা থাংপোক অমদা লৈরিবা অসে, চৎসি কোমুংদা লৈরসি!

সুনীতি— নপাবুংনা কৌবিদনা ইমানা কোমুংদা চৎনবগী ইমাগী উপায় লৈত্রে।

ধ্রুব — অদুদি ঐ চৎকনি মহারাজদা হংগনি ঐখোয়গী করি ইরাল লৈহনা উমংদা থমলিবনো?

সুনীতি —নত্তে নত্তে ইমাগী ইবুংঙো! নপাবুংগী মরাল নত্তে, বিধিগী খুজিল ঈশ্বরগী লীলানি, কোমুংনা ইমা ইচাগী শেগাইরবা উনানা কুপ্না খাংপোকশ' অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা নত্তে! ইংনা কনাগীসু কলক য়েংথা য়াওদনা ইমা-ইচাদা লৈবসিদি মহা শান্তিনি, অসিদগী হেনবা নুংঙাইবা লৈরিবরা?

ধ্রুব — অদুদি ইমা, ঐনা শেগাইবা ফি শেৎলবসু করিমতা ইকাইত্রে! ঐ নিংথৌ মচানি—ঐনা — শেৎলিবা ফি সেগাইবসি মহারাজনা শেৎহনবনি নত্রা ইমা!

সুনীতি —ইমাগী ইবুংঙো ধ্রুব! (মচাবু চুপ্পা)

# অহুমশুবা অঙ্ক

## ৪শুবা উৎপা

### আশ্রম

(অগ্নি শর্ম্ম, তুষ্টি, শুশর্ম্মা, শুশ্রুতনচিংবা ঋষি অঙাংশিং)

তুষ্টি — ইরেৎথংদি ঐগা পাবিনিঙাই লৈতে।

অগ্নি — হা—লমজেন্দা ঐঙোন্দগী হেল্লগদবা কনানো ?

শুশর্ম্মা—ইরুপ্পদনু নখোয়না ঐঙোন্দগী হেনব্রনে ?

তুষ্টি — ঐঙোন্দগী হেনব্রনে ?

শুশর্ম্মা—নংঙোন্দগীদি হায়দেকো।

তু — কনাদা হায়রিবা ?

শু — মাঙোন্দা।

অ — ইরুপদদি নংনা হেল্লে লমজেন তান্নসি।

শুশ্রুত—এঃ কপ্পদদি ঐনা হেনগনিয়ে কৈস্থু।

শুশর্ম্মা—ঙাইখো ঙসি ধ্রুবন্থ লাকত্রিবসি কদাই চৎখ্রে।

তুষ্টি — ধ্রুবদা নত্তেনে ধীরধীন্থ লাক্কে।

অগ্নি — এঃ গুরু মহাশয় লাকত্র হাই—

(ময়াম লাইরিক পাশীল্লবা)

ওঁ নম স্তম্ন্যাই (অনি)॥ নিত্য নৈমিত্তিক (অনি)॥

জরদগব চটতকপ (অনি)॥ চব অবে যব॥॥

(ওঝা চংলকপা অঙাংশিং লেপ্পা)

ওঝা — ফম্মো! ফম্মো! (ফমহনবা) নংগী নংগী পাল্লা ফাব্রবা ?

শুশ্রুত—ঐ ফাদে !

ওঝা — করিগী ?

শুশ্রুত—চারা রান্নবা চাক লৈত্রে হায়দুনা কপ্পিভৈদ। ঐরাইহৌদ্রে !

ওঝা — হুম হৌজিকসু কপ্পুনা লৈয়ু।

অঙাং— ওঝা—(অমনা কিন্না থীনবা) চণ্ডাল মচ !

ওঝা — করি — ঐবু চণ্ডালগী মচা ? হাঃ মূর্খ ! হুম।

অঙাং —ওঝাবু নত্তে !

ওঝা — ওঝা চণ্ডালগী মচা হায়রগা ঐবু নত্রব'দ কনাবুনো ?

অঙাং— কিন্না !

ওঝা — করি কিন্না শুগে—হাঃ মসি ব্যবহার লৈতে গুরুশিষ্য ব্যবহার খংদে নং লেপ্পু নং নুমিৎ মরি নি লেপকদবনি।

অঙাং— তুমসু তুম্মরোইদবা চাসু চাররোইদবা ?

ওঝা — তুমিন লৈয়ু— মুর্খ— (ধ্রুব, ধীরধী চংলকপা) নখোয় অনি করিগী থেংলি ?

ধীরধী— ঐদি ঙন্না লাকচৈ ধ্রুব হৌরুবদা থেংখ্রবনি ওঝা !

ধ্রুব — ওঝা ঐবু দণ্ডপীনবীয়ু ঐ থেংখ্রে—

ওঝা — ননা পাইরগা ফমথো (অনিমক ফমথৈ) অগ্নি ! নং হায়য়ু-অর্থঃ ! খলঃ করোতি দুর্বৃত্তং নূ-নং ফলতি সাধুপু।

অগ্নি — খল্লবদি মঙ্গুং চংবদা অফবা উহৈ ফংই।

ওঝা — দুৎ মুর্খ ! ধ্রুব হাইয়ু।

ধ্রুব — ফত্তবা মীনা লৌনম তৌরগা মতুগী ফত্তবা মহৈদি লান্দবা মীসু ফংই।

ওঝা — উম খংত্রা ?

অঙাং — মত্তুনি ওঝা মানা কিন্না শুরকষ্ট হায়না তাকপদা শোষ্ট-
খিত্তুনা ঐনা লেপ্পীবা অসিনী !

ওঝা — করম্না !

অঙাং — মানা ঐগী লাইরিক য়ুল্লি, ওঝ তাকে তৌবদা কিন্না থিল্লি—
অত্তুদা ঐনা চণ্ডালগী মচা হায়না চৈবদা ওঝানা শাওত্তুনা
ঐবু লেপহল্লি !

ওঝা — অত্তুনি খংঙত্র' ফত্তুব' মীগা ফমিন্নরুত্তুনা নংনা মহৈ ফংলিবা
অত্তুনি—নং যম্মু—নং লেপ্পু ! শুশর্ম্মা নং হাইয়ু !
"বরংহি পণ্ডিতঃ শত্রুর্নতু মূর্খেন মিত্রতা" ॥

শুশর্ম্মা—বরতনা পণ্ডিত ; য়েন্নবা মুর্খ থাইদনা চৎলি ;

ওঝা — অত্তুদি বুত্তুগী রানি— মুর্খ লেপ্পু ধ্রুব নহাক হাইয়ু !

ধ্রুব — অপংবগা মরুপ ওইগদগী শরুক অশিংবগা য়েরুবনা হেন্না
ফৈ !

ধীর — ওঝা নোং ন্যুংশিং লাক্লে !

ওঝা — আঃ শিরে—শিরে　(চেনখিবা)

ধ্রুব — কদাই নোংন্যুংশিংতি !

ধীর — ঐদি পারাদি ফাদ্রে ঐঙোন্দা হংলকনি অত্তুদা ওঝানা
কিবা অমা হায়জিল্লীবনি। ফরে হৌজিক্তি ওঝাস্থ চৎখ্রে
ভায় অগ্নিশর্ম্মা ! ধ্রুবসে নিংথৌগী মচানি হায়নে কোন্নুং
চৎলুসিদো।

অগ্নি — অচুম্বরনে ?

ধীবধী— অচুম্বনি হায়— কোন্নুং চৎলগা মরাইনা পংঙ্গান চৎলুসিবা ঐ কোন্নুং অচু ওস্থোক্লা য়েংনিংখ্রে. ভায় ধ্রুব চৎলুসিনা !

মযাম — চংলুসি ! চৎলুসি !

ধ্রুব — ইনাদ তাকলমচ্রবদি ইমানা রাগনি !

ধীরধি— যাম্না থুনা হল্লকসি চেন্না চেন্না চৎসি

শুশর্ম্মা—যুমদা চংভুরবদি চৎহল্লরোই অভাংসিং খর পনমসি, মথোয়বু যুম যুমদা হাইহল্লমসি অসিদগী অসুম চৎলসি !

ধ্রুব — ফরে চৎলসি !

---

# অষ্টম শুবা অঙ্ক

## ৫শুবা উৎপা

### উমং

(গজেন্দ্র অমস্তুং লাম্মী অনি চংলকপা)

গজেন্দ্র — কদোমদা চৎখ্রে অসিদগী থরা চৎলবদি দগুক থন য়ৌরগনি !

১বা লাম্মী—ঐখোয়দগী অতুক যাম্না হান্না চৎখিদে। সেনাপতি ভুংথা মাংথদনি !

গজেন্দ্র — করিগুম্বা য়ৌরমলগদ্রা ?

২বা লান্মী—ঐদি য়োৗরমগনি হায়বা নিংঙ্গদে। মানা চুম্না চৎপনি ঐখোয়না অতান্নবনিনা ঐখোয়না য়াংনা চৎফম থোকই।

গজেন্দ্র — ঐখোযগা হান্নখিদে হায়বা অতুনদি উম্ ঐখোইনা ঙশাই উমং মচিন য়োৗরকপদা ওইরোম থংবদা লম্বী অমা লৈহোই মতুদা করিগুম্বা চৎখ্রবা ?

১বা — লম্বীগীদি মাতুদস্তু নত্তে, মফম অসিদগী ক্রোশ অমরোম লাপ্পদা লম্বী অমা লৈ। (খুদোনবী থিন্দুনা) অসিদা ফাংলিবা লম্বী ময়াম অসিনি।

গজেন্দ্র — অতুদি চৎলু নখোয় অনি তোঙান তোঙান্না চৎখো, কদাইরাইদা লাকপগে য়েংউ, ঐ তুংদা লাকহৌবা মীশিং অতুস্তু ঙাইবা ওইনা অসিদা লৈরমগে। (লান্মী অনি থোকখি) মফম অসিদগী লম্বীস্তু অমতা মঙাইথরে! মসি উমংগীস্তু ময়াইনি, খুদোং যাম্না চারে। থবক অসি মফম অসিদা থোকলবদি মুংঙাইগনি জীব অমতস্তু খংলরোই! (নরেন্দ্র লাকপা উবা) নরেন্দ্রে—(গজেন্দ্র থুপখিবা, নরেন্দ্র য়াম্না রানা লাকপা)

নরেন্দ্র — হকচাং অসি চোকথবনা খোংথাংবা থোক্রে, ঈশিং খৌরাং-বনস্তু চরম অসি খ্রক খ্রক কংখ্রে! মফম অসিদা ঙাইহাক্কং পোত্থাদ্রবদি—ইমাগী মনাক য়োৗবা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে (ফমথবা) ইস কয়াদা রাখ্রবা অসিদবু প্রতিভা য়াওরমলবদি কয়া খুদোং চারমলোইবনি!

(উইরে উ অমদা ভাত্না চান্না তুম্বগুম্ লেকথখরে—গজেন্দ্র নাশোন পিক্না লোন্না থোরক্লে)

গজেন্দ্র — তুমথখ্রে—তান চারে (থাং য়ানবা অহু শৎলে নরেন্দ্রদা অমুক য়েংই থাংদা অমুক যেংই) ক্ষেত্রী মচানা অতুম্বা মী হাৎপা হৌনদে— (হৌদোক্কে তৌবা) হুম্ মহাক ঐগী য়েক্লবনি য়েক্লবা হাৎপদি কারগী দোষ লৈগনি। (ফিভম শেম্বা)

(তাঞ্জাসিদা লাম্মী অমা লোনা চংলকই। মাগী নাকলদা য়ানবা থাং অহু তপ্না শৎলি ; গজেন্দ্রস্ন থাংনা থিনগে তৌই ; মঙোন্দগী হান্না লাম্মী অহুনা গজেন্দ্রদা থাংনা থীল্লি) ওঃ কনানে ? বিশ্বাস ঘাটক বিশ্বাস ঘটক ! (তুথখ্রে নরেন্দ্র ফিংনা হৌগৎলকই)

নরেন্দ্র — কনানো—করিনো তৌরিবসে গজেন্দ্র সেনাপতি ! হাইযু নং কনানো ? কবিগীদমক্তা সেনাপতি—গজেন্দ্রবু হাৎলিবনো ? মহারাজ উত্তান পাদগী সেনাপতি হাৎপা নংনা যেক্লবগী মী ওইরমলবদি খুৎলাই পাইয়ু।। (থাং শৎপা)

লাম্মী — (থাং লানশিল্লি) সেনাপতি মহাশয় —ননাই ঐহাক যেক্লবগী গুপ্তচর নত্তে— ননাইবু মুন্না অমুক্তা য়েংবিয়ু নোংম কৈগী থায়াত্তুগী লাম্মী অমগী মথরাই সেনাপতিনা কনবিখিবহু নিংশিবিরিব্রা ? ননাই ঐ লাইবক থীরবা লাম্মী অহুনি ; ঐগী থরাই কনবিখিবা মহা পুরুষ

অদুগী মথরাই কন্নবগীদমক্তা ওসি ঐনা মীহাৎপা ওই-জরিবনি !

নরেন্দ্র — হাইযু করিগীদমক্তা গজেন্দ্রবু হাৎলিবনো ?

লান্মী — বাণী সুরুচি গজেন্দ্র অনিনা মহারাণী সুনীতি মজা ইবুঙো অদুগা সেনাপতি নশামকপু হাৎকনি হায়রুনা রাশক্লাখবা ঐ ইশামক্তা তারকলবনি—য়েংবিয়ু লান্মীগা লোইননা ইচ্ছাপুর চৎকনি হাযশিন্নরুনা লাকলিবা আসান। ঐ লাকচরমদ্রবদি গজেন্দ্রগী মখুৎতা সেনা-পতিগী থরাই মাংলমগদবনি ; হৌজাক্তি ঐগী থরাই কনাবাখবা মীগী মথরাই কনবা ওনজরে—পুনবিরো ! সেনপাতি অমা হাৎপগী মতিক চাবা দণ্ড পীনবিরো !

নরেন্দ্র — নংনা ঐগী থরাই কনবিরবা ওঃ। গজেন্দ্র !

গজেন্দ্র — নবেন্দ্র ভায় ! ঐগী মতম লোইরে, ঐ নংগী নফমদা লানখরে। নংনা ঐবু অমুক্তা ওাকপীযু।

নরেন্দ্র — সেনাপতি !

গজেন্দ্র — ঐনা তৌবা ধর্ম্মগী ফল ঐনা ফংজরে ভায় ! ঐ ওসিদা থংলি ধর্ম্ম কাইদবনা মতম পুন্নমক্তা জয় ওই—ঐদি মতম কুইনা নংগী য়েক্লবা ওইরুনা লাকলবনি—ওসি শিরমদাই অসিদা ঐবু মরুপ হায়না অমুক্তা কৌবিযু মহুনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা মরুপ ওইনা পোক্তুনা নংগী নফমদা লানখিবা অসি কোকচবা ওইজগে— অদুগা মসিমতংগা হায়রমগে, নিংথৌগী থৌগল মতম কুইনা

তৌরকখো ঐগী অবস্থা অসি ফনিংত্রবদি ইশাগী কান্নবনি খন্দুনা নিংথৌ মহারাণী অনিদা কদৌঙৈদস্ত চিরোন তৌগে নিংগনু—ভায় ! চৎলে ! (শিবা)

নরেন্দ্র — সেনাপতি ! সেনাপতি ! মরুপ ! ( তাঙ্গাসদা মনুংদা ) প্রতিভা—"করিনো নহাক্না তৌরিবসে করিগীদমক্তা ঐভোন্দা থাংনা থিল্লবনে।" কনাগী খোঞ্জেননো ? নুপীগী খোঞ্জেন, নুপীগী খোঞ্জেন ঐ য়াম্না চিংনরে—(চেনখিবা)

---

# অহুমশুবা অঙ্ক

## ৬শুবা উৎপা

### উমং শরুক্ অম

"প্রতিভা তুহুনা লৈ ঝঙ্গারীনীনা থাং পাইহুনা লৈ।"

ঝংকা — খংলব্রা—প্রতিভা ! অসুক কুইবা নংনা নিংথৌ মহারাণী মচা অহুগা ঐনা মীনাই নুপী অমা ওইহুনা লৈরকপা অহু ভসিদি লংজা লমহুইগী চিঞ্জাক ওইহোবা তারেদো !

প্রতিভা—ঐনা নংগী নফমদা করি লাল্লহুনা; করিগীদমক্তা ইরাল লৈজদবী ঐবু হাৎলিবনো ওঃ ইমা—ইমা— !

ঝংকা — হাঃ হাঃ হাঃ করি লাল্লহুনা—হৌজিক ফাওবা নরাল করিনো হায়বা খংদ্রি ! অহুদি তাও নংনা ঐগী পুক্সিগী

নিংজবা অপুম্বা অরেম্বদা তাইল্লম্মী, নংনা নরেন্দ্রগীদমক্তা নথরাই থাগে হাইনা রাশকথি। অতুমা নংগী রাশক মতুং ইন্না ঐনা নংবু হাৎলিবনি ; নংনা নরেন্দ্রগী রাখল থাদোক্তুন' সেনাপতি গজেন্দ্রনা হাযবা ইল্লমলবদি নথরাই মাংলমলোইদবনি— খ'ণ্ডব্রা নংগী নরাল করিনো হায়বা ! (প্রতিভ রাভাংখিদ্রে স্বর মতেক মতেক হোনখ্রে) মীগী শউম অম তাই মী লাকপ্রা !

(নাশোল পিন্না থো'কখিবা নরেন্দ্র চংলকই)

নরেন্দ্র —মাইকৈ অসোমদা নত্র' ? (চংশিল্লকপ প্রতিভাবু উবা) কন'নে' তুরিবসে— ( চ'শিনবা ) প্রতিভা ! প্রতিভা ! করিনো নংন তৌরম্মীবা অসিদি ?

প্রতিভা—কনানো ?

নরেন্দ্র— ঐনি, ঐবু খংদ্রবরা প্রতিভা ! করিনো ? নংনা তৌরমলিবা অসিদে— !

প্রতিভা—সেনাপতি ! ঐগী লাইবক্তা ইমা মশক উ হায়না তম-লমদ্রমাল্লে ; গজেন্দ্রনা ইমা, সেনাপতি নশামক হাৎকনি রাশকখিবগী পাও তাতুনা কন্নবা ওমলবদি—কনগে লাকপনি, মফম অসদা ঝংকারিনীনা থাংনা থীল্লে।

নরেন্দ্র — ঝংকারিনী ! ঝংকারিনী ! নংনা ঐগী পুন্সিগী নিংজবা লৈরাংবু— (গজেন্দ্র হাৎপা লাম্মী অতুনা ঝংকারিনী মখুৎ তুংবুন্নতুনা পুল্লগা পুশল্লকই)

লান্মী — সেনাপতি ! হিংচাবী অদু অসিদা লৈরে !

নরেন্দ্র —- ঝংকারিনী ! হিংচাবী ! নংগী নথরাই অদু লৌরগা প্রতিভাবু থাংনা থিনবগী লম্মল শিংগে— । (হোগৎকে তৌই, প্রতিভানা থামদুনা)

প্রতিভা—নত্তে সেনাপতি ! মাবু হাৎপিগনু. মাগী দোষ কারনত্তা লৈতে। ঐগী ইরাইবক্তা -মাগী মখুৎতা শিয়ু হায়না তমললমলবনি— ! হাৎপদি শাস্তি নত্তে শাস্তিনি মাবু ঐনা ঙাকপীরবনি ; হায়য়ু মাবু ঙাকপীরব্রা ?

নরেন্দ্র — প্রতিভা ! প্রতিভা !

প্রতিভা—মুংঙাইরে সেনাপতি ! ঙাস ঐগী অবে ইবা মুমিৎতা নংগী নতমবাক্তা কোক অসি থমদুনা পুন্সি লোতোল লোম্বা ফংজরে ঐনা নিংজরকপা মহৈ য়াল্লে।

নরেন্দ্র — প্রতিভা ! প্রতিভা ! (ঝংকারিনী ফমথখ্রে লেপ্পা ঙমদ্রে)

প্রতিভা—কারিগী কপালি চান্নথোইবা ! অম্মুক কুইবা থম্মোইগুংগী রা অসি ইকাইবা লাংনা কুপ্পুনা হায়দোকপা ঙমদ্রি, ঙাসিদি তারো—ঐনা লাইবক থীবি ওইবনা, নহাক্কী সেবা ফংজদ্রে হয়েংমুক্কী মপোক্তা নিংবা থুংনা সেবা ফংজগেকো।

নরেন্দ্র — প্রতিভা ! প্রতিভা !

প্রতিভা—কারিগী কপালি—ঐগী অরোইবা মতম লাকলে—কপকনু ; চৎলমদাই অসিদা নংগী মোমোন মীনোক অদু অমুক্তা উজাখিগে—অমুক্তা নোকউ নোকলরোইদ্রা? ননাই মুপীগী অরোইবা হায়জবসি তাবিরোইদ্রা ইবুংঙো !

নরেন্দ্র — হাঃ হাঃ হাঃ প্রতিভা ! প্রতিভা !

প্রতিভা—মুংঙাইরে ! মুংঙাইরে ঐগী পুন্সিগী আশা ঙসি মহৈ য়াল্লে। মুংঙাইনা পল্লকখোকো নরেন্দ্র বি—দা—য়— ॥ (শিবা)

নরেন্দ্র — প্রতিভা ! প্রতিভা ! চান্নথোইরবী ! নং ঐবু হুন্দোক্তুনা চৎলব্র ? অঙাং ওহরিদৈভদগী শান্নমিন্নরকপা পুন্সিগী খোং-লোই ওইগে থল্লম্ব ঐবু হুন্দোক্তুনা চৎলবা— নত্তে, নত্তে চান্নথোইরবী ঐবু ঙাইবমখো ; (হৌগৎপা) ঝংকারিনী ! হিংচাবী ! নংনা ঐগী অশা পুম্নমক তাত্তুনা ঐগী পুন্সগী পামজরবা লৈরাং পোমখৎলকপদা লৈখোক্তগী হেল্লগা শেগাইত্তুনা মাংহললে !

ঝংকা — সেনাপতি ঐবু ঙাকপীয়ু—

নরেন্দ্র — সেনাপতি ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐবু ঙাকপীয়ু, কয়া চাওবা নরাল্লনো হায়বা নহাক থংবা—নংবু হাৎলগা ঐগী চাকলিবা থরাই অসি ইংগদবনি—অত্তবু—প্রতিভা ! প্রতিভা !!

---

# অষ্টম শুবা অঙ্ক

## ৭শুবা উৎপা

### রাজ দরবার

মহারাজ অমসুং উত্তম, সভাসদ মন্ত্রি চংলকই, প্রজাশিংনা মনুংদগী লাওরকই।

প্রজা — জয় মহারাজ ধীরাজ উত্তানপাদকী !

ময়াম — জয় !

উত্তম — বাবা ! মখোয়শিং অসি মনমগন্দা শাক্লেনা ফুগেদো !

রাজা — মাত্থ হৌনদে কুমার। (সুরুচি চংলকপা)

সুরুচি— অঙাংনা ফুবদা করিগী থিংলিবা ?

রাজা — রাণী মসি রাজ সভানি —

সুরুচি— রাজ সভাদা ঐগী ইচা উত্তমসি করিস্থু লৈত্রবা রা ফাওবা কন্না ঙাংবা য়াদ্রবা ! লাও ইবুংঙো ! ( উত্তম পমদনা থোকখিবা)

রাজা — রাণী করিগী অরেম্বদা শাওরি !

মন্ত্রি — লুপখিবা তারে পৃথ্বি অসি রশাতলদা ! (ধ্রুব, ধীরধী শুশর্ম্মা, অগ্নিশর্ম্মা, তুষ্টি চংলকপা)

মন্ত্রি — কয়াদা ফজখ্রবা কদাইদগী অঙাংনো ? অসিগুম্বা অঙাংগী রূপতি অমুক্তস্থ উখিদ্রি—

রাজা — মন্ত্রি ! য়েংভু অঙাং অসি রাজা চক্রবর্ত্তীগী খুদম্বা তিল্লি !

মন্ত্রী — নখোয় কদাইদগী লাকপনো ?

অগ্নি — ঐখোয় তপবন্দগীনি ঋষি মচানি— !

মন্ত্রী — নিংথেং তাবিয়ু মহারাজ অঙাং অসি কয়া নিংথিজরিবা, ই-লবা তেপলবা অচম্বা মীংথেং — কামদেবমক্তা অঙাংগী মফেৎ শেৎতুনা লৌনম তৌররিব্রা ?

রাজ — খাষ কুমারশা ! কারগীদমক মফম অসিদা লাকলিবনো ?

অঙাং — নিংথৌ য়েংবা !!

রাজা — ফরে নখোযনা উনিংবহু উরে, হৌজিক্তি পোত্থারো মনত্রীবর তপলবা ইংলব নিংথিজরবা অঙাং অসিবু ঐগী তম্পাক্তা অমুক্তা পননিংই ; লাও নিপা মচা। ঐগী তম্পাক্তা ফমলো লাও ! (ধ্রুব মন্ত্রীনা পুরক্তুনা পম্বা)

মনত্রী — কয়'দা ফজখ্রবনে', শরৎকী ; পূর্ণিমাবু ভমজবা অঙাংনি— ফাদনা য়োম্বা মাণনি !

শুশর্ম্ম — (মখোয় মশেল) ধ্রুবসে শোইদনা নিংথৌগী মচানি !

অগ্নি — শোইদ্রে— ।

তুষ্টি — আয় ধ্রুবসে করিমত্তা হায়ব্রেনহা !

ধীরধি— তুমিন্না লৈয়ু ধ্রুবসে কপকদৌরে— !

রাজা — হায়য়ু ইবুংঙো নহাক্কী নমিং করি কৌই ? নমা নপা লৈরিব্রা ?

ধ্রুব — ঐগী ইমীং ধ্রুব কৌই। ইপা ইমা অনিমক লৈরি।

রাজা — নপাগী মমিং করি কৌই ? (সুরুচি চংলক্তুনা রা অহু তারি)

ধ্রুব — উত্তানপাদ— ।

রাজা— উত্তানপাদ !! অদুগা নমাগী মমিংদি ?

ধ্রুব — মুনি ঋষিশিংনা সুনীতি কৌই !

রাজা —ধ্রুব ! ইপাগী ধ্রুব ! নিংথৌগী মচা নচাক্না চাকনিবগী ফিজেৎতা,—লাইবক থীরবা ঐ অসে নংগী নপানি । থম্মোইগী মণি ! নংবু কোল্লগা ইংলসনু ঐগী কংলবা থম্মোই অসি— ।

সুরুচি— মহারাজ !

রাজা —অমুক্তা ঙাইথো রাণী ! অমুক্তা পোকপদগী মপাগী নুংশিবদু ফংজরক্রবা নোংমতা চুপ্পগী মীহৌ তাঙ্জদ্রবা, মপাগা মচাগা উন্নবদা হৌরকইবা ইথক অসি অমুক্তা থুগাই-বিথিগনু রাণী !

সুরুচি—মহারাজ ! অসুক য়াম্না ইকাইবা খংদবা ! লমচৎ নাইদবী নুপীগী লাম্নচুনা পোকপা অঙাং অদুবু ভারতকী সিংহাসন্দা ফমহনবা—করি মপুরোইবা হাৎকে হেংৎরম্বী সুনীতিগী মচা ধ্রুবনা ঙসি মহারাজ উত্তানপাদকী তমম্পাক্তা ফমথ্রবা !

অগ্নি — তুমিন্না লৈয়ু ! পূন্য চেল্লবী দেবীগা মান্নরবী মহারাজ উত্তানপদগী মহারাণী ইমা সুনীতিবু থীনা চৈগনু থুদক অসিমক্তদা চৎলগানি ঐগোয় লৈররোই নুপীনা ঙম্বা লৈবাক অসিদা !

সুরুচি—হাঙ্গ চিন্তবা অঙাংশ ! কনা লৈ ? হৌজিকমক অঙাংশিং অসিবুমফম অসিমক্তদা বন্দি তৌ । মখোয়বু ইখুৎমক্তা শাস্তি

পীগনি। হান্নৈ ওক্তবী মচা! নংগী করি নতিক লৈরুনা ভারতকী সিংহাসন্দা ফমলি? (অভাং অতুবু চিংথবা)

রাজা— রাণী নহাক অসি অস্থক যাম্না নুংশি হেতবা!

সুরুচি—হান্নৈ চিন্থিবা অভাংশা! নচিল অত্তু থিখোদনা (অগ্নিদা ফুবা হৌবা মনত্রী লম্বী থত্তুন)

মনত্রী — করিনো ভারতকী মবেম্মা—পুকচেল ত্তিংলব লৌনম্ লৌথুপ য়াওদবা ঋষি বালক ও ক্তুনি; অদুক তমথীবা লমচৎ চৎপা হৌনব্রা?

সুরুচি —করি হনুবা! ন নম্ব ঐঙোন্দ তাকচব শাবি—নং ঐ অসি কনানো খংব্র? ঐ নহক্কী নবেম্মনি, চৎথোকউ ঐগী মা দগী!

রাজা —রাণী করিনো নহাক্না তৌবিবদে?

সুরুচি—মহারাজ! করি—মহারাজস্ব য ওবত্র? কাওবিবত্রা মহারাজগী রাশক! মহারাজগী মঙ্গল পাম্বীরবদি হৌজিকমক হনুবা মনত্রী অসিবু ত স্থোকপীযু। হান্নৈ—লান্নচুনা পোকপা মচ! করম্বা নথৌনানা করি পুন্য লৈরচুনা ভারতকী সিংহাসন্দা মহারাজগী তম্পাক্তা ফমগে হোৎন্নবি; তাও জারজ—নংনা ভারতকী সিংহাসন্দা ফমানংলবদি হরিবু নিংজৌ মপোক কয়ারক হাবভক্তা ওহচুনা হরিবু নিংলগা মচুগী পুন্যনা সুরুচিগী গর্ভদা পোকচবগা ফংগদবনি — রাজা সিংহাসন্দা ফমজবা!

আগ্নি — ভায ধ্রুব কাব তাহ্না লৈবি ! অসিরা ভারতকী নিংথৌবেন মহারাজ—উত্তনপাদ নুপীনা ভম্বা অচুম-চুমদা মশক থংদবা মফম অসিদা লৈবা হৌনদে — মফম অসিদি নরকনি ; ঐখোযনা লান্দব ঋষি মচামক্তা ওইরবদি সুরুচি নহাক শিফম নাফম খংদনা শিবা ওইযু। (ধ্রুব পুহনা চৎখিবা)

সুরুচি—লেপখো—অভাংনা অসুক য়ম্না মাচন খীবা ! নখোয পুম্নমক ইখুৎমক্না হাৎকনি ! (থাংশৎপা)

মনত্রী — চেকশিল্লু নুপী ! মফম অহুদগী খোংফম অমতং হেনজিল্ল-কপদা শরাবা তাগদবনি— ; চৎলে ঋষি কুমারশা !

সুরুচি—মনত্রী ! (মনত্রীদা ওনশিনবা)

রজা —রাণী । বজনিতিদ থুৎ খিংজিল্লকনু—ঐনা রাশকপদা রাজ-নীতগী র য ওদে ; থংউ মহরাজ উত্তানপাদ অসি নিংথৌ-রেম্নী— ।

সুরুচি —কবি অসুক যাম্না ইকাইবা পীবা ?

রাজা— চংলো নুপীগী চাওখোকফমদি রাজা অন্তপুরদনি রাজ দর-বারদ নত্তে, (সুরুচি শাওনা চংখি) হাঃ হাঃ হাঃ নুপী ! থুয়াগী উফুলনা কোকথক কারক্কদোরবা ! হাঃ হাঃ হাঃ ।

---

# অষ্টম শুবা অঙ্ক

## ৮শুবা উৎপা

### উমংগী শরুক অমা

( ঝংকারিনী অঙাওবীগী যিক্তেৎ, মশম মনা ইফা ফাই, চাদ থক্নবা কুইরে—ঙাওরে ! )

ঝক :— হাঃ হাঃ হাঃ উম—নত্তে ঐ মাবু হাৎতে ক'রি কনানা হায়রিবা—হাঃ হাঃ হাঃ প্রতিভা ! মুংশিদা ঐনা চুরিনা থীনবা—মহাক শিরে শিরে প্রতিভা শিরে ; হিঃ হিঃ হিঃ নরেন্দ্র নরেন্দ্র ঐনা মাবু মুংশিবা, নত্তে নত্তে ঐ মাবু মুংশিদে প্রতিভ ঐ নগী নফমদা লানথরে নং ঐবু ঙাকউ ঐ লায়ে ঐ চাক লাম্মীদা হাঃ হাঃ হাঃ ঐনা মুংশিবা মাস্থ মুংশিবা ঐনা লম্বী লানবা, প্রতিভানা কিজুনা চেনবদে। হাঃ হাঃ হাঃ নত্তে নত্তে ঐবু হাৎকন্নু ঐ মুপী মচানি। হু যানব ঐ নত্তে ঐ নত্তে গজেন্দ্রনি ঐ কারমত্তা য়াওদে হাঃ হাঃ হাঃ করিবো নত্তেদা ঐ পামদেদা নোংম বসন্তগী য়াচংবা মতমদা নামিবা মলয়ানা কাইদা কাইদা হুম্বা কাল নরেন্দ্রগী মনাক্তা ফমজুনা প্রতিভাগা ঐখোয অনিনা ইশৈ শকপা হাঃ হাঃ হাঃ মুংঙাইখ্রবনিদা কোমুংদো ; সুরুচি হাঃ হাঃ হাঃ সুরুচিবো—মাস্থ শিনি- মানা সুনীতি—ইমা সুনীতি—নংনা নচাবু অপোকপা নচাদগী হেন্না মুংশিবা—ঐনা মাংনবা তৌবা ইশাগী ওইজবা থীবদগী হিঃ হিঃ হিঃ মাংঙবনিনে মাংঙবা

ফাখ্রে-ফা'খ্রে সুরুচি ! ফাখ্রে ! ফারো ফারো ! চেন্দুনস্ত হিংঙরোই নপা'পকৗনি নুংশিদ নরেন্দ্রদো. মাবু অমুক উবা ফ'লরোইকো মাগীদমক্তা ঐনা মীহাৎপা য়া'ওরগা মহাক্কী নুংশি খুদোন ফংত্রেবা ফাওবা হাঃ হাঃ হাঃ —

"জৈশৈ"

ফংজরে ফংজরে মৈচাক্কী মৈচাক
খল্লুইদো ঐনা চৎলুইদো লান্না। ( হাঃ হাঃ হাঃ )
হিক্লা কপ্পা চিংনা য়েংজবা
উবিদ্রে কনাস্ত থংবিদ্রে মীনা !
শিবস্ত ঙমদ্রে হিংবস্ত ল্লারে
চাক্লা কপ্পা উনা মাংখরে ( হিঃ হিঃ হিঃ )
শিরগা কোকখি অরাবা মৈচাক্তি
হিংবদি রাখ্রে অহোইনা চাকই
চৎলে চৎনা তুম্মে তুম্না
কাওবদি সুকঙম ঙস্বা লৈতে
মাগী নিংথিবা শকতমদো॥

# অষ্টমশুবা অঙ্ক

## ৯শুবা উৎপা

( আশ্রম কুটির )

( সুনীতি য়ানা খাংপোক্লী থোং ময়াদা লৈরম্মী )

সুনীতি — পোকপা মুমিত্তুগী মশক উদ্রিবা মচাবু উবদা মশক খংবিরমগদ্রা ? মপা অত্তুনা করিগুম্বা খংবিরমদ্রবদি ইচা আপশক অত্তুনা করি হাইরুরিগবা ! মঙ্গল পীনবীয়ুকো ; শ্রীহরি ! মধুসুদন ! ইপুরোইবা অমদি ইচাগী মঙ্গল ; মুমিৎ তুমনি শুরে চৎথিবা ওশি ফাওবা হল্লক্লিবা অসিবু করি তৌরবনো ইচাশিং অত্তুবো !

( কপ্পা কপ্পা ধ্রুব চংলকপা )

ধ্রুব — ইমা ! ইমা !

সুনীতি — করি তৌরবগে ইমাগী ধ্রুব !

ধ্রুব — ইমা ! ইমা নংনা ঐবু নিংথৌগী মচানি হায়বদাইনে ইমা !

সুনীতি — নংনা পংকপ্তা কপলিবা অসিবু করি তৌরবগেনে ধ্রুব ?

ধ্রুব — ইমা ! নংনা তাকপিবা মতুং ইন্না মহারাজ উত্তানপাদ ঐগী ইপানি হায়বত্থু ঐগী মরুপসিংনা তারত্থুনা হৌরে ঐবু মখোয়না কোমুং চৎলুসি হায়না ; গুরুনা তম্বীত্থুনা ঐশু খংজরে মমা মপা হায়বসিদি মচা ওইবা ঐখোগী নিংনফম ঈশ্বরনি মিৎনা উবা দেবতানি ; পংলবা নচানা

পোকৈভেদগী মশক অমুক্তা উজদ্রিবা ইপা ইবুংভো অহুবু অমুক্তং খুরমজগে হায়হুনা চৎলুরে। কৌবিরম্মই ঐবু ইপানা তবাম তরাম্না হংবী ঐগী পরিচয় কোন্দুনা মথাদা চেৎনা পরিচয় ফংবদা লাংতক্লখিবম্মী ইপাগী মথারাই অহু ; মতম অহুদা যত্রবী নুপী অমা লাক্লুনা হায়রৈ "সুনীতিগী লাম্নহুনা পোকপা মচা, করম্ব নথোনানা কারি পূন্য লৈহুন মহারাজগী তম্পাক্তা ফমগে হোৎনরি। তাও জারক্তা নংনা ভারতকী সিংহাসন্দা ফমনিংলবদি হরিবু নিংজো, ১পোক কযারক হরিভক্ত ওইহুনা হরিবু নিংলগা নহুগী পূন্যনা সুরুচি ঐগী গর্ভদা পোকচরগা ফংগদবনি বাজ সংহ সংদা ফমজবা" ইমা ! রা আস রাজ সভাগী নয় ইদা খাইগী মমাংদা হায়রিবনি ইমা !

সুনীতি — নুপী অহু পোক্তবী নমানি—করি তৌগনি ; ইবুংভো মানা থীনা হাররগা ইমা ইচাগী করি অমা.বা লৈ ? লৈজসনু নিংথৌগী মহারাণী ওইহুনা ঐশ্বর্য্যগী ইথক্তা তাওহুনা ইমা ইচাস্ন পিক্লবা খাংপোক অসিদা উমং মক্লংদা মীনা থীনা হায়রবী তাম্পোকপিরবী ওইহুনা অস্নম লৈসি ; লাও করিগী কপ্পী চাগদবা খরা চাহুন পোখাররো লাকও ; করিগীদমক চৎলুরি কোক্লংদদি ; রারবী নংলবীগী মচানবু কোক্লংদা মাইপাকপা হৌনবা ? লাও ! লাও !

ধ্রুব — ইমা ঐ করি অমত্তা চংররোই—চৎলগনি হরি নিংবা অরাম খোরাংবা করি অমত্তা লৈজরে। হায়য়ু ইমা

শ্রীহরি কদাইদা লৈ ? ঐ শ্রীহরি খিগনি, খংহনগনি মাডেন্দা ঐগী থম্মোইগী অরাবা অসি !

সুনীতি — শ্রীহরিদি মফম পুম্নমক্তা লৈবিবনি নংনা শ্রীহরি নিংগে হাইববস্থ লাও খরদং চাবখো।

ধ্রুব — ইমা ঐ করিমত্ত চাববোই, পামজৈ শ্রীহরিগী চরনতন !

সুনীতি — অমুক ও ওথৎলবুত্রা হবু ডে ? খরদং চাবগা হিচাবু ইথ দ কোঞ্জবগা রারী লৌনা লৌনা তুমমিন্নগনি !

ধ্রুব — ইমা ! শ্রীহবিবু নিজরবস্থ অরাবা কোকলোইদ্রনে ইমা !!

সুনীতি — অরাবা পুম্ননক ম হনবীবিবা শ্রীহরিনি, মহাকপু নিজবগা অরাবা কোক্তে হাযব্রনে ?

ধ্রুব — ইমা মহাক্কী অবেপ্পা লৈফম কদাইদনে ইম ?

সুনীতি — মফম পুম্নদ জীব খুদিংগী থম্মোইদা, অকাশত, নুংশিত্তা মহাকপু নিজ—শাঞ্জাববা মনাই ভক্তশিংগী থম্মোইদা লেংদনা লৈবিবনি !

ধ্রুব — থাজরে ইমা ! ঐসু মহাকপু নিজবগনি ; শ্রীহরি ! নহাকপু কদাইদনে ? ভানবীববো ননাহগী থম্মোইদা,

সুনীতি — লাকও ইবুংঙো ? অহিং অাস থেংখ্রে—খরদং চারগা পোত্থারুবাস লাকও !

ধ্রুব — নত্তে ইমা ! ঐবু হৌজিক অমুক তুমখিগদবা—তুমলরোই ইমা ! লৈরে ঐগী শ্রীহরি ইবুংঙো অদো চৎলগে ইমা ! উমংদা !

সুনীতি — উমংদা করিগী চৎকনি ! মফম পুন্নমক্তা লৈবা শ্রীহরিবু নিংবা করিগী উমংদা চৎকনি ? উমং হায়বা অসিদি খুদোংথীবা মফমনি ; শাহিং চাবা জীবনচিংবা ভূত-প্রেত-শিংনা লৈরিবনি !

ধ্রুব — ইমা র'দনা নুংভাইবা লৈতে হাযবদাই—অদুদি শুক্রবা উমংদা চৎতুনা অরাবা মফমদা ইবুংঙো মাবু নিংজরবদি শোইদনা লাকপীগনি ইমা ! অদুগা শ্রীহরিনা সেমজবা জীবগী মরক্তা মহাক্তা লেংদনা লৈরবদি ভূত-প্রেত কবিগী কিগনি ইমা ! শ্রীহরি ইবুংঙো

সুনীতি — শ্রীহরিবু নিংবা অসি অরাইবা থবক নত্তে ; যোগী ঋষি কযা কযানা হা হরি ! মধুসূদন হায়দুনা যুগ কযা কযা লৈখ্রবনি, অদুবু শ্রীহরি মহাক্তি দর্শন ফংবা নত্তে, ধ্রুব ! লাকও হৌজিক তুম্মসি অমুক কৌরগনু ! আঃ সুরুচি ! নংঙোন্দা লাল্লবসু ঐনি ; অভাং অসিদি জ্ঞান লৈত্রিবনি ; অফ-ফত্তা খংদ্রিবনি , মাঙোন্দবু অদুক থীনা চৈবিরকপা হৌনব্রা ? ইবুংঙো নংবু করিমত্তা চাররোইদ্রা ?

ধ্রুব — চাররোই ইমা ! ইমা চারুরো !

সুনীতি — নং চাদ্রবদি ইমাসু চাররোই লাকও তুম্মসি !

( মচাবু ফমুংদা হিপহল্লি, মশা অদু নানবী মতম অসিদা হিক্লবা সুরনা যম্ন থোংই । সুনীতি তুমখ্রে ! বাঁশিনা তুংশিবা সুরঅমা থোংলকই ধ্রুব হৌগৎলকই )

ধ্রুব — ইমা তুমখ্রে, লাইবক থীরবী ইমা ! তুম্মো তুম্মো। নহাক্না তৌগৎলকপদা নচাদি নহাক্কী ননাক্তা লৈরম্রোই। ঐগীদমক্তা ৱাজরক্লবী ইমা ! খাংপোক মচা অসিদা লৈহৌরোকো অপোকপী ! নচাদি চৎচরে করিগুম্বা শ্রীহরি মধুসূদনবু ফংজরবদি—ইমা ! নংগী ননাক্তা অমুক লাকচখিগনি নত্রবদি অপোকপী ঙসি নংগী চরন খুরুমজবা অসিনা অরোইবনি ; (মমাগী পদধুলি লোবা) শ্রীহরি মধুসূদন ! শ্রীহরি মধুসূদন !! (কৌনা কৌনা থোকখি ঙাইহাক লৈরগা নরেন্দ্র মপান্দগী কৌরকই )

নরেন্দ্র — ইমা ! ইমা ! ধ্রুব ! ধ্রুব ! ( চংলকপা ) ইমা !

সুনীতি — কনানো ? নরেন্দ্র ! ( ধ্রুব উদবদা ) কদাই ননাউ ধ্রুবদি ?

নরেন্দ্র — করিনো হায়রিবা অসিবো ইমা ! ধ্রুব কদাইদা চৎখ্রে ?

সুনীতি — অত্তাদি ধ্রুব ! ধ্রুব ! শোইদ্রে চৎখ্রেদনা, ইমাগী ইবুংঙো লাইবক থীরবী নমা হুন্দোক্তুনা কদাই ৱাইদা চৎলবগেনে ইমাগী ইবুংঙো ধ্রুব ! ধ্রুব !!

( কৌনা কৌনা চৎথবা )



# অহুমশুবা অঙ্ক

## ১০শুবা উৎপা

### উমং লম্বী

( ।ববেক লম্বীদা ঈশৈ শক্তনা চৎলি )

### ঈশৈ

হা গোপাল কৈদনো নংবু ইমাগী মণি !
তাদ্রবব নংবু এনা কৌবসে ইমগী নীলমণি !
ইচানা পামজবা মখোলনি
ভাইবিনে ইমানা নংভোন্দা হনগনি
নংতবু য়েংজনা ইনান হিংবান
ন না চৎখ্রবাদ করম্না হিংগ ন ।।
ওইরে মতম যণশেনবা চৎপা
লাকলেনে সখাশিং নহাকপু হৌবা
কি হাইযুগে হনাবু মখে যদা
কপলরে মখোযস্ত ন বু কৌন্তন ।।

( ঈশৈ লোইবদা তপ্না তপ্না খুন চংলকই )

ধ্রুব — শ্রীহরি ইবুংঙো নংবু করি হায়না কৌজরগা ননাইনা নিজবিবা অসি থুংহনবীগদগে ? পামজদে মুক্তি পংলবা ননাইনা উজরিবদি ভারতকী সিংহাসন, ইপাগী তম্পাক অত্তুতনি, নহাকপু নিংজরগা নহাক্তবু শোঞ্জরগা পীনবী হায়

জগৎ জীবগী অপাস্বত্ত কদাইদনো ইবুংঙো ! মধুসূদন ! ননাইনা নিজরিবা অসিতাদ থুংহনবিয়ুগবা শ্রীহরি !

## ঈশৈ

হে হরি মধুসূদন !
পীনবীযু ননাইদা চরণদর্শন
মফম কৈদা চৎলগা
করম্না নংবু নিংলগা
উজ্জগদগে পংলবা ননাইনা ।
নশকস্ত থংজদে নহাকপু কনানো
তাজৈ ননাইনা নহাক্কী নগুণতা
নহাক্তবু নিংজবা ভক্তগী থম্মোইদা
লেংদনা লৈবি হায় জগৎকী মপু ॥

# অহুম শুবা অঙ্ক

## ১১শুবা উৎপা

### রাজ অন্তপুর

(রাজা উত্তানপাদ সিংহাসনগী মনাক্তা যান্না শাগুনা চংলি, মন্ত্রি, নরেন্দ্র লুককননা লেপ্তুনা লৈরম্মী)

রাজা— নুপী ! নুপীগী চাক্র ভারতকী নিংথৌবেন রাজা উত্তানপাদ ফাওববু নুপীগী চক্রিদা তাওহল্লবা নুমিৎ থান পাল্লিবা মথৈ ; ঐগী অথিবা মিংচৎ অসি পৃথীবী অসিদা লৈহৌরগদব — উঃ কযাদা চাকখ্রবা খাংওমদ্রবা মৈচাক্লো—ঐবু লু পীজত্নন হাংনবা শিনবা, লানজলবী সুনীতিবু উমংদা তান্তোকপা ! পুন্নমক অসি হিংচবী মী ওইবগী মায অমতা চন্দ্রবা সুরুচিগী চক্রিদগী—নরেন্দ্র'সত ! ইপাগী নরেন্দ্র ! নংনা ৬াস ইপাবু অনৌব মঙাল অমা উহল্লে ; কনা লৈ ' রাণী সুরুচি ! হায়যু নরেন্দ্র—গজেন্দ্রবু হাংপ লম্মী অত্নু কদাইদা লে ; মাবু ঐনা উান ই !

নাবন্দ্র— বাজদণ্ডী ৬াইহুনা সনথোাদা লৈজরি—

রাজা — হৌজিকমক পুশল্লকউ !

নরেন্দ্র— অজ্ঞা ! (নরেন্দ্র চৎখি রাণী সুরুচি চংলকই)

সুরুচি— মহারাজ সনায়াথং তাকপীযু !

রাজা — হা৹ হাঃ হাঃ সনায়াথং তাকপীযু — খংব্রা নুপী ঐ অসি কনানো হায়বা !

সুরুচি— খংজে নিংথোরেননী !

রাজা — নিংথৌরেননা মপুরোইবা হাৎনবা থৌরাংবী, মীওইবগী লিচৎ চৎতনী নুপীবু করি দগিু পি খংব্রা ?

সুরুচি— করিগুম্বদা থরাই হাৎপা।

রাজা — হাৎপা নত্তে, হাৎপা নত্তে করিগী হাৎকনি, হাৎলবদি মাগী মৈচাক অহু খুদক অহুমক্তদা কোকখ্রে, হাৎলোই মাবু হাৎলোই, মহাক অহুবু আসগুম্ব দণ্ড পীগনি ; নুংশিৎ নুংশাগী মঙাল ফংদবা শুক্লা মমলবা কারাগার অমদা—মাবু পুন্সি চুপ্পা থমগনি ; মফম অদুদা মপুন্সি লোইহন্দুনা চাক্লা চাক্লা কপ্পুনা লেনবা অহু য়েংদুনা রাজা উত্তানপাদনা থাক্লা থাক্লা নোক্কনি।

সুরুচি— অচুম্বনি মহারাজ ! মহাকপু উমংদা থাবা মতিক চাদ্রে, কারাগার অদুদা পুন্দুনা থম্বীয়ু ! মদুতদা রাণী সুনীতিগী লমচৎ চুমলক্কনি।

রাজা — রাণী সুনীতিনা লমচৎ চুমলক্কান, নং হৌজিক ফাওবা খংদ্রি ; লাল্লিবসি রাণী সুনীতিরা নত্রগা নংলা ?

সুরুচি— মহারাজ !

রাজা — মহারাজ ! হাঃ হাঃ হাঃ খংব্রা নুপী ! গজেন্দ্রগা লৌতুনহুনা ঐগী চাক্তা হু হাপ্পবা শিনবা কনানো হায়বা হৌজিক ফাওবা ঐবু মশক খংদ্রি নিংব্রা ?

সুরুচি— সুনীতি নত্তনা কনানবু শিনগদগেনে মহারাজ !

রাজা — হৌজিকসু চেল্লি—খংউ নুপী ঙসিদি নংনা উৎচাইদুনা নংগী ফিজি পাইদুনা লৈরম্বা রাজা উত্তানপাদ অহু নত্রবনি

খংউ—সুনীতি হাৎনবা নংনা থাবা গজেন্দ্র সেনাপাত ঙাস লেত্রে ; মহাক শিখিবগী পাও নং হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি নত্রা ?

সুরুচি— সেনাপতি গজেন্দ্র হাৎখ্রবা !

রাজা — ফি'গৎকনু নুপী ! ঙসিনা নংগী পালি থোকই—

সুরুচি— মহারাজ ঐবু ঙাকপীযু ঙসি ফাওবা স্নাচবন্দা লপ্তদ্রি।

রাজা — ঙসি ফাওবা লাপ্তদ্রি—ঙসি ফাওবা লাপ্তদ্রি— হাঃ হাঃ হাঃ লানদে লানদে বাণী সুরুচি করিগী লানগনি !

সুরুচি— মহারাজ— !

রাজা — মন্ত্রি ! নং নখুৎমক্রা নুপী অসিবু পুল্লু —।

সুরুচি— মহারাজ ঐবু ঙাকপীযু !

রাজা — মন্ত্রি কবি যেংলি— ?

মন্ত্রি — সনা যাথং— (মন্ত্রিন' সুরুচি পুনবা)

সুরুচি— অসিবু নিংথোগী অচুম্ব' রায়েল্ল' ?

রাজা — অসিদা নত্রি অচুম্বা রায়েল—চৎলু মন্ত্রি ! শুক্রা মমলবা কারাগারদা থম্মু।

সুরুচি—মহারাজ ! মহারাজ ঐবু ঙাকপীযু !

রাজা — হাঃ হাঃ ঙাকপীযু—ঙাকপীযু মনত্রী হৌজিক মক পুথোকখ্রো, (সুরুচি মনত্রিনা পুত্থনা চৎখি, মাইকৈ অমদগী লাম্মীগা লোইননা সেনাপতি — নরেন্দ্র চংলকই ) সেনাপতি — কদায় ! লাম্মী অহু অসিরা ?

নরেন্দ্র— মহারাজ !

রাজা — লৈপাক্কী সেনাপতি অমা হাংপগী দণ্ড করিনো হায়বা নহাক খংব্রা লাম্মী ?

লাম্মী — থরাই হাংপা !

রাজা — উম হাংপনা মাগী দণ্ডনি—অতুগা নংগী দণ্ডদি— (মণিপরেং লৌথোক্কুনা শিবিবা) মসিনা নংগী দণ্ডনি ; হুম মসিনস্থু পেনদ্রি ; নংবু ভসি মখৈ অনিশুবা সেনাপতি হাপলবনি !

লাম্মী — ধর্ম্মাবতার—

রাজা — অতুগা নবেন্দ্রাস হবুনা সেনাপতি হায়বা তোক্কুনা যুবরাজ নরেন্দ্র হাযনা খংনবগদবনি ; মুংঙাইরে ; তাহৌরো ভসি জগৎকী জীব পুম্নমক, কনাগুম্বা নিংথৌনা চিরোন চৎতুনা অচাল অরাই খাইতুনা মুপী মব্রা লৌতুনা লৈবাক ব্রায়েল্লবদি ভসি উত্তানপাদনা ফংলিবা অরাবসি ফংবা ওইসনু !

## ড্রোপ

# মরিশুবা অঙ্ক

## ১শুবা উৎপা

### মধুবন

(ধ্রুব ধ্যান তৌরি মনাক্তা কৈ কুল্ল, তমপাক্তা লিন কারি, তিংচাবা থোরক্লুনা ভংলি—অকি অথং কযা উৎলি, ধ্রুব লেংদে হিংচাবা-হিংচাবী লাক্লুনা লাওনা জগোষ্ট শাবা হৌরকই—ধ্রুবগী ধ্যান থুগাইবা ভমদ্রে)

(গনক্কী ফিজেৎতা শ্রীকৃষ্ণ অমস্তং নারদ চংলকই)

ধ্রুব — হে হরি মধুসূদন হে হরি মধুসূদন !!

নারদ — যেংবিযুনে ইবুংঙো ! মাচন্দা অমৃতগী মনম কেৌস্তুব অঙাং অসিগী মতৌ উবদা শ-ক্কে উচেক-রায় ফ ঙবা নুংশিবন মমিৎতা ইবা হৌনবে। চাদ-থক্তা তুমদা-হিপ্তুনা নংবু শোঞ্জবকপা নংত্তবু কৌজবকপা থা তকক শুগাদবা নুমিৎ তরেৎনিদা ভাইশিল্লক্লে ; অসিবু করম্না যেংহুনা লৈবিবনো মধুসূদন—ইন্দ্রগী য়াথংদগী হিংচাবা-হিংচাবী কযানা মাগী ধ্যান থুগাইনবা হোৎনকুরে ভস্বা লৈত্রে ; জগৎকী ভক্ত পুন্নমক ননাই নারদ উজরে, অহুবু ম গুম্বা ভক্তাদ সংসারদা লৈরমগনি থাজদে !

শ্রীকৃষ্ণ— তপথথো নারদ ! ঐগী ধ্রুববু ঐনা নুংশিদবোই খনব্রা ? ঐগী ভক্তশিং পুন্নমক্কী মরক্তগী অথোইবা ভক্তনি মাদি — ঐনা থল্লম্মী ধ্রুবদা গোলোক্কী অধিপত্য পীগে হাযনা !

অত্তবু মাগী মহাত্যমনা হেনখরে ! অত্তদা নারদ য়াম্না লুবা অমা লৈরে। ধ্রুব অসি দীক্ষা ফংদ্রি অত্তনা ঐ মহাক্তা উন্নবা য়াদে, মঙোন্দা দীক্ষা পীগদবসি !

নারদ — নযাথং ফংজরবদি ননাইহ নারদনা ভক্ত ধ্রুব দীক্ষা পীবা অসি য়াগদ্রা নারায়ণ !

শ্রীকৃষ্ণ— হাঃ হাঃ হাঃ অত্তদি থিল্লস্ত ধ্রুবদা দীক্ষা পীরুরো !

নারদ — নারায়ণ ! (খুরম্ব) ঙাসদি ঐনা পোকচবগী মহৈ য়াল্লে, গোলোক বিহারী নারায়ণ মশামক্তা ধ্রুবগী দীক্ষা গুরু ওইহনবীরমলে — কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো ঐ অসে ! (ধ্রুবগী মনাক্তা চংশিনবা) ধ্রুব ! ভক্ত ধ্রুব! অঙাং অসি ভগবন্দ মশা কৎথোকশিত্তনা মপালগী জ্ঞান য়াংদ্রে ! ধন্যানি ধ্রুব ! ধন্যানি রাজা উত্তানপাদ ভক্তগী দীক্ষা গুরু ওইবা ফংজগদোরিবা ঐস্ত ধন্যানি তারব্রা বৎস ধ্রুব !

ধ্রুব — লাকপীরব্রা হে হরি মধুসূদন লোবিরকলব্রা ?

নারদ — ইবুংঙো ঐ নংগী মধুসূদন অত্ত নত্তে ! ঐস্ত নহাকুম্ব শ্রীহরিবু মতম পুম্নমক্তা কৌত্তনতা লৈজরিবা অমনি। ঐ নারদনি !

ধ্রুব — নহাক ঐগী শ্রীহরি মধুসূদন নত্তবা !

নারদ — নত্তে বৎস ! ঐস্ত নংগুম্বা হরিগী মনাইহ অমনি— (মমিৎ পাংথোকই)

ধ্রুব — নহাক থংব্রা শ্রীহরি কদাইদা লৈ ?

নারদ — বৎস ! শ্রীহরিদি ভক্তসিংগী থম্মোইদা লেংদনা লৈরিবনি। হায়য়ু বৎস ! নহাক্তা মহাকপু করিগী পামলিবনো ?

ধ্রুব — পুক্লিংগী অরাবসে মাঙোন্দা হায়গনি !

নারদ —অদুবু ধ্রুব নংনা শ্রীহরিবু নিংলিঙৈদা নংবু পোকপী নমা সুনীতিদি অঙাওবীগুমখ্রে অসিদগী থরা থীন্তরবাদ তাই বংপাল অসিদা অমুক উবা ফংলরোই ; হল্লো বৎস ! ঐ অসি সংসার থাদোকলবনি। অদুবু নমাগী অৱাবা মীকপ-খোল অদু তারগা মীৎতগী পী তাথিব খংহোদে ! খংউ ধ্রুব। মমা মপা হায়বাস মচাগীদি গুরুনি মমা মপাগী সেবা তৌরবদি ঈশ্বরগী সেবা তৌবগী ফল ফংঙি ; নমাগী মনাক্তা হল্লো ! নমানা শিবা থোকলবদি নংগী পাপ য়াম্না চাওখ্রে !

ধ্রুব — অদুবু দেব ! ঐ ইমাগী নাক্তা হঞ্জখিরোই শ্রীহরি লৈরবদি মহাক্তা ঐগী ইমাবু করিগী কনবীরোই ; ঐ ইবুংঙো মহাকপু উদ্রিবা মথৈ ইমাগী নাক্তা হনখিরোই—দেব ! নহাকা লেংবী-রো ঐঙোন্দা ওৎপীরগনু !

নারদ — ব্যস ! ঐ রা অমা হায়গে তাও, নংনা নপাগী সিংহাসনদা নপাগী তম্পাক্তা ফমলুবগীদমক নমা অতোনবীনা চৈথি ; নংনা মাদুগীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইখদ্রে— ফরে নং ঐগা লোইননা কোনুংদা চৎসি ভারতকী নিংথৌরেন রাজা উত্তানপাদগী সিংহাসন অদু নংঙোন্দা পীগে ; অদু ওইর-বদি নংগী নুংঙাইতবা অদু লৈত্রে নত্রা !

ধ্রুব — নত্তে দেব—ঐ সিংহাসন পামদে—হরিবু ফংদ্রবদি ঐগী পুক্লিংগী অৱাবা কোকলোই !

নারদ — অদুদি নং করি পাম্মী ?

ধ্রুব — ঐনা পামজবদি শ্রীহরিগিতবুনি ; অতৈ করি অমত্তা পামজদে ;

নারদ — অপংবা অঙাং ! যোগী ঋষি মুনি কয়ানা যুগ কয়া কয়া চুপ্না ধ্যান তৌজথি, অদুম ওইনমক অনাদি শ্রীহরিগী তত্ত্ব লেপ্পা ভম্বা নত্তে ; নংদি অমৃতগী মনম কোক্ত্রিবা অঙাংনি। সাধনা সিদ্ধিগী য়া করম খংগনি ? হরি সাধন হায়বসি নংগুম্বা অঙাংগী থবক নত্তে ! চৎলে। নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ডাকলুথো অদুগী মতুংদা নচা-নগুপিংদা রাজ্যভার শিন্নরম-লগা শ্রীহরিবু সাধন তৌগদবনি।

ধ্রুব — নত্তে দেব ! ঐ কদাইদসু চৎলরোই ! হৌজিক শ্রীহরি মধু-সূদনবু নত্তুনা ঐগী অপাম্ব কারসু লৈজদে, ঐ নিংজখিগনি কৌজখিগনি। কয়া কুইনা লেংবিরক্কবগে য়েংখিগনি।

নারদ — চাদ থক্কবা থা ৬ শুরক্কদোরে, হৌজিকসু নুমিৎ তুমনি-তুমনিগী মতুংদা মাংদ তাবা উনা অমমমতং মচারে ; করম্না হিংগদৌবনো ?

ধ্রুব — ইবুংঙো মহাকপু কৌজবদা, মাবু নিংজবদা শিবা তারবসু ঐ করি অমত্তা চিংনজদে ; ঐগী থরাইনা পামজরিবদি ইবুংঙো মহাক্কনি ; হকচাংগা থরাইগা তোংঙাল্লবদা হকচাং অসিতা নত্রা মাংখিগদবা ? থরাইদি মাবুতবু নিংদুনা লৈজর-গদবনি, শিরবদসু ঐনা মাবু নিংজবা অসিতদি থাদোক-লমলরোই ! অদুনা দেব ! হৌজিক শিববু করি কিফম লৈ৷ব ?

নারদ — ধন্যনি ধন্যান ! ধ্রুব মহাক্না জ্ঞান অসিদি ধন্যনি ! তাও ধ্রুব মহাক দীক্ষা ফংজ্রবদি ওরি ফংবগী অধিকার লৈতে ; মংমা দীক্ষা ফংজ্রবা মথৈ শ্রীহরিবু কৈদৌঙৈদসু ফংলোই অহুগা গুরুগী উপদেশ ফংজ্রিবা মথৈ দীক্ষিত ওহবা য়াবা নত্তে।

ধ্রুব — অহুদ মহাক্না ঐগী গুরুনি ; ঐঙোন্দা দীক্ষা পীনাবিরো দেব ! (নারদগী মখোং কোনবা )

নারদ — হৌগৎলু বৎস ! ধ্রুব ঐনা নঙোন্দা পীগদবদি ব্রহ্মজ্ঞানি —অহুগুম্বা ব্রহ্মজ্ঞান অহু ঐঙোন্দ দ কদাহ ? ঐ ইশামক ইবুংঙো মহাকপু নিংথিনা থংবা ওমজ্রি।

ধ্রুব — অমুক লৌনম তৌবিরগনু দেব ! মখোংপাইহনা হায়জরি —ঐঙোন্দা আশীর্ব্বাদ পীনবিয়ু— শ্রীহরিনা ঐবু থৌজ্জাল-বিবা (খুরুম্বা)

নারদ — হৌগৎলু ধ্রুব। থাংগৈশেংবা ঐগী ব্রহ্মজ্ঞান লৈজদে ; অহুবু পূর্ণব্রহ্ম নারায়ণ মশামক্না ঐবু থৌদাবীরকলে, অহুবু ঐনা খংজবা থরদং তম্নীগনি চৎলু ভুরেনগী ঈশিং অসিনা স্নান তৌরু অহুগী মতুংদা দীক্ষা পীগনি।

ধ্রুব — স্নান করম তৌগনি দেব !

নারদ — স্নান তৌবা ফাওবা খংদ্রি, হে হরি মহাক্না মহিমা অসিদি মপান নাইদ্রে। করম্না স্নান তৌগদগে হায়বা কাওবা, থংজ্রিবা অদুং অসিনা কয়াদা কনখ্রবা তপস্যা তৌরিবনো ? ইবুংঙো মংগী থৌজালবু লৈরবদি খোংজেকপনসু হিমালয়দা কাবা ওম্মা।

লাও বৎস ! ঐগী কমণ্ডলুগী ঈশিং অসিনা স্নান তোরো।
(হায়া কমলম্বা মকমদা কমহল্লে সাধনগী মওং তাকপীরে
অহুগ )

"ওঁ তদ্বিষ্ণো পরমং পদং সদা পশ্যন্তি
সুরয় দিববী চক্ষুরাততম্"

বৎস ধ্রুব মন্ত্র ! আসদমক শোনগদবনি হায়মু।

'ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবয়ে"

(ধ্রুবন মন্ত্র অ স শোন্দুনা মমিং উইশিনখ্রে)

---

# অষ্টম শুবা অঙ্ক

## ২শুবা উৎপা

### উমং লম্বা

(সুনীতি মফিমরোল শেগাইখ্রে ! মশম ফাখ্রে—চাদ থক্কবনা ময়াংকংখ্রে ভুরোই ভামলোই তোরে)

সুনীতি—পুান্সগী মণি মিৎতাংবগী মিৎ ইমাগী ধ্রুব ! হৌজক ফাওবা ইমাগী নাক্তা লাকপ মতম ওইত্রিবরা—মতম কয়া হৌথরে অঙ্কবু ইমা হায়না অমুক্তসু কৌরগ্রে—নং ইমাবু শাওরব্রনে ধ্রুব ! ইমানা হয়া হয়া কৌবসি নংবু তাত্রব্রা ? হা বিধাতা নহাক অসি অমুক য়ায়া ভমথিবা ! রাজরাণী ওইরিঙৈ ;

ইচাগীদমক্তা যাগ যজ্ঞ কয়া কচ্চথি ; অদুগা উমংদা ভিক্ষা-রীনী ওইরবা মতমদা মপাল নাইত্রবা অরাবা সমুদ্রগী তমথীরবা ইথক মরক্তা নংনা পুন্সিগী অথোইবা লন অমা পীনবীরে খংজরমদে বিধাতা নহাক অসি অসুক তমথি ! ঙসি ঐগী পুন্সিগী লন অদু অমুক মুনবিরি— পীননিরোনে ঐগী মণি অদো ; ইমাগী ইবুংঙো ধ্রুব ! নংবু কদাইদনোনে ইবুংঙো, নত্তে ঐগী ইচা অদু মাংবা তারব্রনে ? ইস্ অহিংদো অহিং অদুমত্তং ঐনা তুমজরমদ্রবাদ ঐগী ইচা মাংলম-লোইদবান—ঐগী মণি ঐনা মাংহনজবনি । সুরুচি চৎনেপী ইবেম্মা সুরুচি ! ঐগী ইচা অদুনা নংগী সম্পত্তি রাজভোগ মুল্লবস্ত্র নত্তেকো, নংগী নক্ষমদা করিগুম্বা লালবস্ত্র ঐনি ! অদুগা অঙাং অদুনা নংঙোন্দা করি লাল্লরদুনা নংনা ইচাবু—সিংহাসন্দগী চিংথদুনা থিনা চৈরকইবা — নংননিকো ঐগী মণি মাংহনবসে । শোইদ্রেদ, ঐগী ইচা লৈত্রেদা — লৈরবদি ঐনা অসুক কুইবা থীরকলিবা অসি করিগী থীবঃ ফংলোই—শুক্রবা উমংগী শা কৈনা— ; ওঃ ধ্রুব ! ধ্রুব ! ইমাগী ইবুংঙো য়েংউ আতু অরাম-খোরাংবনা খাংবা ঙমদ্রদুনা ইমা ইমা কোরম্বদগী ধ্রুব অসি রাম্বুখ্রে ! রাম্বুখ্রে ! ওঃ ওঃ কৈ অমা চেনশিনখ্রে য়েংঙু ঐগী ইচাবু থর কনবীয়ু ইচাবু কনবীয়ু ধ্রুব ! ধ্রুব ! (রাম্বুবা নারদ চংলকপা)

নারদ— ধ্রুব পোকপী ইমা ! নহাক্তি ধ্রুবতগী মমা নত্তে ! জগৎ পুম্বগী মমানি ; নহাকপু ইমা হায়না কোজবা ফংজবা অসিদা

নারদগী মহৈ য়াল্লে ! লাও ইমা ! নংগী নজা ইবুংঙো ধ্রুবাদ—জগৎকী ভক্ত খিবিক্তগী অথোইবনি ! চৎলু মধুবন তান্না—নচাগী দেবমূর্ত্তি উবা ফংগনি— ( চৎখিবা )

সুনীতি—(জ্ঞান লাক্লুনা) করি হায়বা ! করি হায়বা ঐগী ধ্রুববু মধুবন্দা ? চুম্মী ঐ মধুবন য়ৌদ্রি—ধ্রুব ! ইমাগী ইবুংঙো ধ্রুব। ইমা লাক্লে— ( চেনখিবা )

( বিবেক ইশৈ শক্লুনা লাকই )

## ঈশৈ

ব্রজমণি ! করিবু হায়সিগে ব্রজগী দশা !
অঙাওবী ওইখ্রে নন্দরাণী যশোদা !
হা গোপাল নীলমণি কৌত্থনা
রাম্থত্থনা তাখ্রে লৈমাইথক্তা
অউবা খুদিংদা হংঙৈদো—
উবরা ইমাগী কাহ্নাইদো !
গোবর্দ্ধনগী তময়াদা
যমুনাগী তোর্ব্বান্দা
কদমগী মখোংদা
কপ্পা কপ্পা খিবদা
নয়ন অচু উখিদ্রে নন্দরাণী যশোদা ॥

———

# মরিশুবা অঙ্ক

## ৩শুবা উৎপা

### মধুবন

( ধ্রুব মাগী লাইনিংফমদা ফমচুনা লৈ, মচিন্দ' মন্ত্র থিার—য়াম্না শোল্লে ।)

ধ্রুব — "ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় !! ওঁ নমো ভগবতে বাসু-দেবায় !!"

( নারায়ণ লাকপা )

নারায়ণ—ভক্ত ধ্রুব !

ধ্রুব — (মমিৎ পাংথোকপা) কয়াদা ফজখ্রবা শ্রীহরি ।

( কপ্পা খুবম্বা )

নারায়ণ—কপকনু ধ্রুব ! নংনা কপলগা ঐগী থম্মোই অসি পুবা ওমদে !

ধ্রুব — ননাইনা কপ্লগা ইবুংঙো নহাক্কী থম্মোইদা রাবা দয়াময় ! সুমিৎ কয়ানিমুক ঐনা কপচবা অহুদি নংগী থম্মোইদা য়ৌদবরা ? শ্রীহরি মধুসূদন ! ঙসি ননাইনা অতোপ্পা মরম অমগীদমকতা কপচবা নত্তে ! অসুক কুইরবগী মতুংদা ননাইনা কপচবা ঙসিনা লোইরে ! মসিগী সুঙাইবনা কপচবনি !

নারায়ণ—বৎস ! ঐদি ভক্তগী মখা পোনবনি হৌজিক নহাক্কা অপান্বহানরো ?

ধ্রুব — শ্রীহরি ! ননাইনা নিংবা করি থুংদবা লৈরিবগে ? শ্রীচরণ দর্শন ফংজরে—অপাম্বা খোইরাংবা অপুম্বা মতোল লোমখরে !

নারায়ণ— ভক্ত অথোইবা— ঐনা নংগীদমক্তা ধ্রুবলোক শেমখ্রবনি ; স্থনীতিগা লোইননা মফম অতুদা লৈয়ু ! হৌজিক্কি চৎলো বৎস ! ঐশ্বর্য্য অপুম্বনা লৈতেংতুনা নংগী নপাগী সিংহা-সনদা চহি লিশিং কুন্থ্রাতকক চুপ্পা নিংথৌ ওইরগা ধ্রুব লোক্তা চৎলু— নহাক্তা অভিমান্দা নিংখ্রে ! মতম থরদি সংসারী ওইনা লৈরগদবনি !

ধ্রুব — ননাই ঐবু সংসারী অমুক ওইরুখিগদবা ? শ্রীহরি নহাক্কী শ্রীচরণবু নিংজরবদি সংসারদগী লানথোকপা ঙমনৈ হায়রগা ননাইবু অমুক সংসারদা চংহনবিগদৌরিবা অসি করিগীনো ? প্রভূ ! ননাইদি জ্ঞান লৈজদবা অঙাংনি ! তাকপীয়ু ননাইদা সংসারদগী লান্নবা উপায় ! (খুরম্বা)

নারায়ণ—মাতৃগীদমক করি অমত্তা চিংনগনু— মতম খরদং পৃথীবিদা রাজ্য-ভার লৌতুনা লৈরু—মরমদি নপাগী সিংহাসন ফম্বা ফংদবা নমা পোক্তবীনা থীনা চৈখিবগী অরাবনা থাংবা ঙমত্রতুনা নংনা যোগী ওইবনি ! মত্তদস্থ ভক্তিগী পাঙ্গলনা প্রধাণ উপাসক অমা ওইরে ! অতুনা মোক্ষ অসি নংগী মতিক চাবা মনানি ! ভক্তগী নিংবা থুংহনবতনা ঐগী মরু ওইবা থবকনি। অতুনা নংনা পৃথিবীগী নিংথৌ ওইরগা নংগী অমসুং নমাগী অরাবা কোক্কনি !

ধ্রুব — অমুকসু রাজ্য অমদি মাতৃস্নেহদা পুনখিগদবা ; নত্তে প্রভু ! ঐ রাজ্য পামজদে ঐশ্বর্য্য পামজদে ; শ্রীহরি ননাই ঐদি সংসারগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা পামজদ্রে ! সংসারগী ইয়াইদা তারবা মীওইবনা ইবুংঙো নহাকপু কাওই কাওই মুক্তিগী লম্বী !

নারায়ণ—অতু ওইতুনসু ঐনা নংবু কদোৗৈদসু কাওররোই নংনা তেক নিংশিংলকপা মতমদা ঐ লাকনি । বৎস ! হৌজিক্তি সংস'রদা চংলো ॥

ধ্রুব — শ্রীহরি ! ননাইদা আশীর্ব্বাদ পীনবিয়ু ! সংসারদা চংলগা ঐশ্বর্য্যগী মযাইনা শ্রীচরণবু মতম চুপ্পা কাওজদবা !

নারাযণ—নংগুম্বা ভক্তগী মফমদদি ভ্রম হায়বসি ওইথোক্কবনি ব্যস !

ধ্রুব — (খুরম্বা) শ্রীহরি শ্রীহরি ! ( মপান্দা সুনীতি )

সুনীতি—ধ্রুব ! ধ্রুব ! ইমাগী ধ্রুব !

নারায়ণ—য়েংউ—সতী অসি লাক্লে ! (সুনীতি চংলকপা)

সুনীতি—ধ্রুব ! ইমাগী ধ্রুব !

ধ্রুব — ইমা ! ইমা ! য়েংউ ইমা ! শ্রীহরি জগৎকী মপু !

সুনীতি—কদাই ! ইবুংঙো শ্রীহরি ! করি পূন্যদগী পাপ চেল্লবী ননাইনা শ্রীচরণদর্শন ফংজরবা ? (সুনীতি নারায়ণগী মথোং কোনবা অভয়—মূর্ত্তি পুথোকপা)

---

# মরিশুবা অঙ্ক

## ৪শুবা উৎপা

### লম্বী

( নারদ ঈশৈ শক্লা শক্লা লাকই )

### ঈশৈ

শ্রীহরি গোলোক নাথ—তোল্লবগী মপু
কৌজরি ননাইনা তোইনা তোইনা
অন্না-মুংঙাই মতম খুদিংদা
লেংন্দ্রবা মরুপনি তাইবং জীবগী
তাবিয়ু মপু কৌজবা ননাইনা
থম্মোই শোকলবা খোম্থাংদা
নিজরি ননাইনা কাওদবা শ্রীচরণ
শোঞ্জবা নত্তুনা নামামৃত
লাৎচগে থম্মোইদা রাতুলচরণ
শেংজগে মিতিগী মীৎকী লাইজনা
লৌশিয়ু ভক্তি পীনৌ মুক্তি
পাংন্দ্রবা ননাইনি তোল্লবা জীবনি ॥



# মরিশুবা অঙ্ক

## ৫শুবা উৎপা

### কারাগার

( মশম মনা ইফা-ফানা কারাগারগী থোং পাইদুনা সুরুচি লেপ্লস্মী, লাম্মী অমনা থাং পাইদুনা ঙাকলম্মী )

সুরুচি— হাঃ হাঃ হাঃ কযাদা ফজখ্রবা বিধিগী বিচার কারাগার! কারাগার! ঐগী মতিক চাবা মফম কারাগার! সংসর অসিদা কারাগার নত্তুনা ঐগী মতিক চাবা মফম লৈখিদ্রবা! মাগী ইঙ্গিৎতা মীনাই মুপী মুপা লিশিং-লিশিংনা যাথং ঙাইদুনা লৈরম্বী সুরুচিগী ঙসি অবস্থা অসি ওইখ্রবা! করি সুনীতিনা ভারতকী পাটরাণী অদুগা ঐনা কারাগারদা বণ্ডিনী! হাঃ হাঃ হাঃ অসিরা? অসিরা বিধিগী নোংদম্! অদুগুম্বা দৃশ্য অদু য়েংদুনা লৈগদবগী শরুক শিরগে চেকপন অসিদা কোক থেংগাইদুনা শিরগে! ( মকোক অদু ফকলাংদা থেংজিল্লি, ঈ তারে মকোক ঙাওরে ফমথথরে অমুক ঈ য়েংদুনা হৌগৎলকই ) হাঃ হাঃ হাঃ ঈ—ঈ; করি করি হায়রবা ঐ ঐবু হাৎকে-হাৎলো—ঐসু মদুনা পামলে করি করি হায়রবা—হু নত্তে-নত্তে হু য়ানবদি ঐ নত্তে গজেন্দ্রনি চুম্মী-ঐগী থৌইনশিন্নবনি! করি উত্তমবু হাৎকে—নত্তে-নত্তে

রাণী ইচে ইবেম্মা ! ঐবু মুংশিবিত্রবস্থ—উত্তম অচু নংগী নচানি , মহারাজগী ঈনি মাবু হাৎপীগনু। মাবু হাৎকদবগী শরুক, ঐবু হাৎলু— মতম অাস উত্তম চংলকপা। )

উত্তম— ইমা। ইমা ! নংদি ঐবু হুন্দোক্তুনা অসিদা লৈরিবা ?

সুরুচি— উত্তম ! ইমাগী উত্তম ! ইস্ কারনো—ইচাগী মশক অদো অসি ওইখ্রবা ? লাম্মী ! থোং হাংদোকউ থোং হাংদোকউ ইচা ইথাদা অমুক্তা চেৎনা কোনজগে—চাদ-থক্রুবা ইচাগী মূর্ত্তি অসি য়েংঙু—ইচাবু তম্পাক্তা পমলহুনা অমৃত অমুক্তা ইনগে—তাদ্রে—হাংদোকত্রে !

লাম্মী— ঙাকপীযু রাণীমা ; সনায়াথং নত্তুনা — ( থুরম্বা )

সুরুচি— ও ঃ সনায়াথং সনায়াথং চুম্মী—ঐনা নোংমা ধ্রুববু মপাগী তম্পাক্তা ক্ষমহনখিদে, ক্ষমহনখিদে ।

উত্তম — ইমা ! ইমা !

সুরুচি— চৎলো ! চৎলো ! নং চৎলো—

উত্তম — ইমা ! নং ঐবু তাম্থোকলত্রা ?

সুরুচি— করি—করি হায়রবা উত্তম ! নং ‥ ··· ওঃ চাবা থকপা ফংত্রবা চুম্মী-চুম্মী ঐগী ইপাপননি—ঐনা ধ্রুববু লোম্নবী মচা হায়না চৈখি, পিজ-পীথক্তনা উমংদা লৈহনখি, মানি ঐগী দোষননি !

উত্তম — ইমা ! ইমা !

সুরুচি—নত্তে-নত্তে ইমা কৌগনু ! ইমা কৌগনু ! ঐদি হিংচাবীনি ! হিংচাবী ! চৎলো নং চৎলো—নিংথৌগী মচা নংনা মফম অাসদা — !

( রাজা তপ্পা চংলকই, দৃশ্য অহ য়েংলি উত্তম চংকে তৌই ।)
উত্তম ! ইমাগী উত্তম ! — নং ইমাবু হুন্দোকলমহ্নুবা চংলব্রা ?
লাও ইমাবু লৌথোকও লাও ! ( রাস্থবা )

উত্তম — ইমা ! ইমা !

রাজা — হাঃ হাঃ হাঃ — !

উত্তম — মহারাজ ! ইমাবু থাদোকপীয় — এখোয় কোনুংদা অমুক লৈজররোই—, নুংঙাই-য়াইফবা ইকাই-খুম্নবা পামজদ্রে ! ইমা-ইচা পুন্না উমংদা চংচখ্রগে। ইমাবু থাদোকপীবেনে মহারাজ — !

রাজা — উত্তম — নত্তে — নত্তে — নং — ওঃ — এ নিংথৌনি অচুম্বতা চংপনা নিংথৌগী মথৌনি।

উত্তম — নিংথৌ, নিংথৌদি মচা নুংশিদবা—মমাগা মচাগা — !

রাজ — উত্তম ! ( ধ্রুব, সুনীতি ; মন্ত্রি নরেন্দ্র চংলকপা )

ধ্রুব — মহারাজ ! খুরমজরি নচানা !

রাজা — ধ্রুব ! ইপাগী ধ্রুব ! রাণী ! ( উত্তম চংকে তৌই )

রানী — কদাইদা চংকদৌরবনো ইমাগী ইবুংঙো !

ধ্রুব — মহারাজ — পংলবা নচানা সনা চরন্দা ভিক্ষা অমত্তা নিজগে !

রাজা — চিংনবা লৈতনা হায় ! ( কারাগার মন্নাক্তা চংশিল্লে )

ধ্রুব — থৌজাল হৈরবী ! লাইবক থীরবা নচাবু মুক্তিগী লম্বী তাকপীরকপী ইমা সুরুচিবু —! থাদোকপীয় !

রাজা — নত্তে ধ্রুব ! মহাক্কি রাজ বিদ্রোহিনী-নি মসিনা মাগী মতিক চাবা দাগুনি — ।

ধ্রুব — নত্তে ইপা ইবুংঙো ইমাদি রাজ বিদ্রোহীনী নত্তে, ঐগী ইমাদি থৌজাল হৈরাবনী — ইমাগী থৌজালদগী নচাবু সুংশিবিত্তনা মুক্তিগী লম্বী তাকপীবদগী নচানা শ্রীহরিগী রাতুলচরণ দর্শন ফংজহৌরিবান —; ইমান থৌজালবিত্তনা মুক্তিগী লম্বী তাকপীরুত্তুনা নিংথৌগী মচা ওইত্তুনা অকে-অমৌ মরক্তা লৈরমলবদি — মপোক আসদা শ্রীভগবান দর্শন ফংজরোইদবান ইমাবু থাদোকপীয় — !

রাজা — ধ্রুব ! নং শ্রীহারিবু দর্শন ফংঙবা — !

ধ্রুব — ইপা ইবুংঙো ।

রাজা— রাজভোগ ঐশ্বর্য্য !

ধ্রুব — ইপা ইবুংঙো ! ( রাজা সুরুচিবু থাদোকউ হায়না ইঙ্গং তৌবা মম্পিনা থোং হাংদোকপা সুনীতি ধ্রুব উত্তম নরেন্দ্র চংত্তুনা সুরুচিবু কোন্দুনা পুখোরকপা সেবা তৌব )

ধ্রুব — ইমা ! থৌজাল হৈরবী ইমা !

সুরুচি— কনানো — উত্তম ! ( হৌগৎলকপা )

ধ্রুব — ইমা ! লাইবক থীরবা নচা ধ্রুবনি —

সুরুচি— ধ্রুব—ইমাগী ধ্রুব ! ইমা কোনগে লাও — ( কোনবা ) রাণী ইচে ইবেম্মা ! ঐনা নখোয়গী নক্মদা লানথ্রে ঐবু

ঢাকপীয়ু — কদায় উত্তম ! লাও ; ( উত্তমগী মথুৎ পাইদুনা সুনীতিগী মথুৎতা হ পলগা ইচে ইবেম্মা ! এসিম্না নংগী নচানি — নচা অসি য়োক্তহোবে ; ভসিদগী তৌনা উমংদা নারক শিংলক্তা — উইং-রাইং চাদুনা পুন্সি অসি লেনখ্রগে— মীকুংশি খংদবী মীওইবগী লিচং চংডনী এনি ; অদুগা মহারাজ ননাই তোল্লবী পংলবীনা সনাচরন্দা লংজখিবা পুম্নমক ঢাকপীয়ু ! লাও ইমাগী ধ্রুব ! ইমানা মহারাজদগী লোবা রাজ সিংহসন অদু ভসি মহারাজ সনা মাংদা লৈবাক্তী অঙম-অখৌ পুম্নমক্তী মমাংদা পীরমলবনি এগী ইচা নিপা অহল ধ্রুবদা ; ( চৎকে তৌবা )

সুনীতি— কদাইদা চৎকদোরিবনো ? লাকখো—ইচিন ইনাওনা সনা থোগল তৌখিগদবনি ; করিগী চৎকদগে—মহারাজ ! অয়োন অরান পুম্নমক য়ু চবন্দা ঢাকপীয়ু।

( নারদ লাকপা )

নারদ— নারায়ণ ! নারায়ণ ! ধন্যনি রাজা উত্তানপাদ ধন্যনি রাণী সুনীতি !

মায়াম— দেবর্ষি ! ( খুরম্না )

নারদ— জগৎতা লৈরিবা শ্রীহরিগী এনাই ভক্তাখনিক্তী অখোইবা ধ্রুববু নচা ওইনা ফংজবা রাজরাণী নখোয়দগী চন্না লাইবক ফবা অসিবু কন লোরিগদগে তেংবানবা অসিদা !

রাজা— অদুবু দেবর্ষি ! তোল্লবা ননাই এদি শ্রীচরণ দর্শন ফংজহৌদ্রে ;

নারদ — মহারাজ তপথবীয় ! অথোইবা ভক্তবু নচা ওইনা ফংজরিবা মহারাজনা শ্রীচরণ দর্শন ফংবা-ফংদবা হায়না অমুক তাক-পীরিবা অসিবু করি য়ানো ! অনাদি শ্রীহরি ইবুংঙো মহাক্কি ভক্তগী মথা পোনবনি ! নজা ইবুংঙো ধ্রুবনা মরম ওইরগনা আদিপুরুষকা লোইননা বংশ পুম্নমক মুক্তি ফংলগদবনি ! য়েংবিয় মহারাজ ! গোলোকবিহারী শ্রীবিষ্ণুগী অপরূপ মূর্ত্তি — ।

( নয়াম চংতনা নারায়ণ শ্লোক শকপা )

অশংবা থবোগী কুচুনা ৈলেতেংবা
কোক্তা য়াতেংগী চূড়ানা নিংথিবা
জগংকী মপু হে হরি দযাময় !
চানবিরে ভাসাদ ফংজবে দর্শন
নিজরি মপোক থুদিংদা চরণ সেবা
পিবিয় ভগবন্ ননাইন নিজবা ।

যবনিকা